

# ꯈꯜꯂꯨꯕꯗ ꯅꯣꯛꯂꯤꯡꯏ

# খল্লুবদা নোক্লিংই

(ৱারী মচা)




কংলৈপাক লোইনশিল্লোন অপুনবা মরুপ (কলম), ইম্ফাল।




ꯁꯅꯇꯣꯝꯕ ꯑꯉꯣꯝ

# থল্লুবদা নোক্রিংই





কংলৈপাক লোইনশিল্লোন অপূনবা মরূপ (কলম) ইম্ফাল

*ময়াম্ন শঙ্গলেন :* নিতাইনন্দ কমপ্লেক্স, রিমস রোড, ইম্ফাল।




# KHALLUBADA NOKNING-EE

A Collection Book of Ten Short Stories

*By :*

**Okendro Khundongbam (Ihilen)**



| | | |
|---|---|---|
| ফোঙজবা | ঃ | কলমগীদমক খুন্দোংবম (ও) মংলেম্বীনা ফোঙজবা |
| অহানবা ফোঙবা | ঃ | মলিয়া কুম - ৩৪০০ লাংবন |
| | ঃ | সেপ্টেম্বর ২০০৩ |
| অনিশুবা ফোঙবা | ঃ | জানুৱারী ১, ২০০৬ |
| কোপি মশিং | ঃ | ৫০০ |
| মখুম য়েকপা | ঃ | RKJS, Thoubal · |
| মমল | ঃ | ৬০ (হুম্ফু) । |
| লাইরিক ফংফম | ঃ | অইবা মশাদগী, কলমগী ওফিসতগী অমদি লাইরিক য়োনফম অয়াম্বদা |
| লাইরিকী মঙম/হক | ঃ | অইবা মশা অমসুং কলম |

নম্ফম : **THOUJAL HEIBA PRESS**, RIMS South Gate, Imphal

# ꯀꯠꯊꯣꯛꯄ

Kh. (L) Ibohal    Kh. (O) Manglembi

[illegible]

# থমজ-ব্রা খরদং

মপোকথা অহানবমকসু য়ৌজদ্রিবা লোইনশিল্লোনগী লূপ 'কলম' না খ্: কুম ২০০৩ গী জুলাইদগী সেপ্টেম্বর ফাওবগী থা অহুমসিগী মনুংদা 'কলম' গী মাইকৈদগী ষ্টেটকী থাক্তা শৈবেং থিবা চাংদম্নবা (২।২।০৩, এম দি ইউ) অমদি হ্বার্কশোপ অমা (১৭।৮।০৩, এম পি পি ওফিস) অমদি শৈবেংগী লাইবিক অনি, হ্বাবী মচাগী অমা, পূন্না অহুমখক পুথোকচবা ঙমজবিবসিমক্তি লূপ অসিগী শীংলোয়শিং অমদি অইব-অইবীশিংগী লিংজেল মান্নবা অমসুং থৌনাগী মপানননি। খুন্দোংবম ইহিলেন (ওকেন্দ্রা), 'কলম' গী মীংলোয় অইবসিগী 'খল্লুবদা নোক্লিংই' হায়বা হ্বাবী মচা তরাগী লাইরিকসিমক্তি অইবা মশা অমসুং থবক ওইনা, শেন ওইনা তেংবাংলিবা পুকচেল চাউরবা খ্বাই পুন্নমককি হুমাংমলগী মশক ওইহৌরগনি।

কলমগী থোইদোকপা পান্দম - 'ঈমালোলদা পুন্নমক ইনবা খোঙজঙদা, য়ানশিনগ্রবশিংবু খাইদোক্লবা ঙল্লিমখৈ হোৎনমিন্নবা' হায়বসিগী মখাদা অৱাবা মায়োক্লজে। ওখাক চেৎনা শঙব্রবা মচুশিংবু চামথোক্লবা হোৎনবা অরায়বদি নত্তে। অদুবু য়ারিমখৈ/ঙল্লিমখৈ হায়বসিদা কলমগী শীংলোয়শিংনা খুশম্নবা অমদি লমতাক্লোইশিংগী পাউতাকশিং পুন্নমকসিনা তুংগী তরু-তরুম্বা পচুং অমদদি থুংবা ঙমজরখিনি হায়বা থাজমিন্নজে। লোইনশিল্লোনবু খুন্নাইগী মিংশেল ওইবখক্ত নত্তনা অনৌবা শক্তম অমগীদমকসু শিজিন্নবা, পান্দম ওইবা পাফল, শায়োল ওইবা শকলোন' য়েক্লবা চংয়েংনবা হোৎনবা হায়বসিনি। অমবোমদা খোরজেনা খুৎলাই ওইবা অই-লাম্মী অমগী তাম্বাবু মিতাজবনি। চীংলৈবাক কংলৈ লমদমসিগী খুৎনাইবা, শিন্নাইবা, অয়েক-অই, অখোঙ-অশক-আশা শিল্লোন পুম্বগী থৱায়পুম্ববু ইকায়খুম্নজবগা লোয়ননা, 'কলম' বু লমতাকপীনবা, খুৎশম্বীনবা, শৌগৎপীনবা অমদি তেংবাংবিনবা নোল্লুকচে। তুংলমচৎকিদমক ঙসিগী অনৌবা অইবা মীরোলশিংগী অচৌবা-অহকপা থৌদাংবু অখঙ-অহৈগী য়াকাগা লোয়ননা চঙশিনমিন্নসি। মালেমদা অনিশুব্রবা কংলৈচাশিং ইশাগীদমক কনানসু হকথেক্লনা হোৎনবিফম থোক্তবনা ইথৌদাং লৌমিন্নবা তারকপদা মথৌ তাবশিংগীদমক ইরৈচাশিংগী মাইকৈ যেংজবি।

অরোইবদা, কলমগী অনিশুবা লাইরিকসিবু পাবিরগা, অইবগী মীৎয়েংদা খুন্নাইসিগী শকলোন, ইরৈবাক্তি মশকপু খরদং লোকশিল্লবা মতুংদা অনিশুবা খুৎনম অমুক হন্না পুথোকপা ঙমহন্বসি অইবসু নুংশিবনি হায়না লৌজে। পুন্নমক অসিগী তৌবিমল কলমগী মাইকৈদগী নোল্লুকচবি।

কৈজম, সনাহোঙবা মঙাঙ
য়ায়তোঙবা
কংলৈপাক লোইনশিল্লোন অপূনবা মরুপ (কলম),
ইম্ফাল।

মালিয়া - ৩৪০১
চৈচৎ ২৮। ১২। ০৫

## অইবগী ফোঙথ্রবা লাইরিকশিং

১। খল্লুবদা নোক্লিংই (সেপ্তেম্বর ০৩)
২। নুংশিবা লৈনম (খোমজিনবা বারেং-শৈরেংগী লাইরিক - আগষ্ট ০৫ )
৩। খল্লুবদা নোক্লিংই (অনিশুবা খুৎনম - জনুবারি ১, ২০০৬)

## ফোঙথ্রবশিংদা য়াওথ্রবশিং

১। অয়ুক্কী নাচোম (খোমজিনবা শৈরেং কলম ০৩)
২। ইমাগী খোঞ্জেল (খোমজিনবা শৈরেং ইমাখোল ০৪)
৩। মহুম (খোমজিনবা বারীমচা - কলম ০৪)
৪। মচু মচুগী মঙাল (খোমজিনবা শৈরেং মালেম অইকোল ০৫)

*" অইবসি পাউচে কয়াগী কলমনিষ্ট ওইবতা নৎতনা ওল ইন্দিয়া রেডিওগী বারীমচা অমসুং শৈরেং পাবতা নৎতনা থাগী চেফোঙ (ফিদমফম, অনৌবা মঙাল) গীসু রিগুলর কলমনিষ্ট ওইরি । অইবশিংগী লুপ* ***Writer Forum Manipur, All Manipur Columnist Union, Manipur Literary Society*** *নচিংবা কয়াগা খুৎশম্নরি ।* ***Naharol Sahityagi Yaol*** *অমসুং* ***Kangleipak Loinasillon Apunba Marup (KLM)*** *গী* ***Founder Secretary*** *ওইবতনা নৎতনা* ***Executive Member*** *ওইরি । ইচঙ থৌনা চঙশিন্নীবা মরুপ ওকেন্দ্রোগী য়াইফনবা থৌনিজরি "।*

- কলম

# অনিশুবা খুৎনমগী মরমদা ব্রাহৈ খরা

মীয়ামা নুংশিবীদগী অমসুং মতেং পাঙবিরকপা কয়ানা ঐঙোন্দা অনৌবা ইথিল অমসু অমুক পিবীরে।"খল্লুবদা নোক্লিংই" - ঋরীমচাগী লাইরিক অসি মরুপ মপাংশিংনা অমত্তা পাজগে হায়রকপদা, লন্নাই মীওইশিং অমসুং লন্নাই লুপ কয়াদা পাবিনবা খুদোল তৌজখিবনা হন্দক ষ্টেট সেন্ট্রেল লাইব্রেরিনা অমুক খনগৎপিরে হায়রকপা মীকুপতদি পিখৎন্নবা য়েংলুবদদি লাইরিক মঙা-তরুক্তা ঙাইরল্লে। মসিনা মরম ওইরগা অনৌবা অনিসুবা খুৎনম অসি অমুক নমজবনি। কলমগী থৌ পুবিরিবশিংনা অচৌবা মতেং পাঙবীবগী লমনশু কাওজরোই। খুৎনম অসিদা শেমদোক শেমজিন তৌজদুনা হেন্না পাবদা নুংঙাইনবা হোৎনজবনি। তাকপিরকপা পুম্নমক তরাম্না ওকচরি।

৩০।১২।২০০৫ অইবা

ইম্ফাল,

# য়াওফম তাকপা


| | | |
|---|---|---|
| ১। | ঐগী ইরাল ঙাক্তনি | (১-৭)/লমায় |
| ২। | ঐবু কৈশুমশঙদা থম্বীয়ু | (৮-১৩)/লমায় |
| ৩। | হলক্লরোই মতমদো | (১৪-১৬)/লমায় |
| ৪। | তাঙৌইলক্তা মৈরী | (১৭-২০)/লমায় |
| ৫। | মঙফাওনদ্রবা মঙলান | (২১-২৭)/লমায় |
| ৬। | পামজদবা শিনফম | (২৮-৩৯)/লমায় |
| ৭। | ভোটকী ঈরাং য়াওরুই | (৪০-৪৭)/লমায় |
| ৮। | এব্রার্ড পীবা | (৪৮-৫২)/লমায় |
| ৯। | নাইতোম তারবা পুন্সি | (৫৩-৬০)/লমায় |
| ১০। | খল্লুবদা নোক্লিংই | (৬১-৬৯)/লমায় |

# ঐগী ইরাল ঙাক্তনি

লমজাও-শোরোক্তা লাউরম্বদগী ময়ুমদা হঞ্জিল্লক্তুনা কোহ্লোং ময়া অদুব্রাইদা নোবিন্না লাউবদো মচানুপা সঙ্গিত মাগী কাদা লাইরিক পানা-পানা তায়। নুমীৎ খুদিংগী নত্রগসু মহাক্লবু হিদাক থক্লবা নুমীৎতি ফরক তাদবা অমুক্তা য়াওখিদ্রি। ঙাংনি-ঙাংলোই খণ্ডদবা ব্রা কয়া পংঙাংদা ঙাংঙী। মানবু হিদাক থক্লকপা নুমীৎ অদুমদি লিলা ওইরনি লৈকাই অসিগী থোংনাউ অহো-অরাক খুদিংদা পাকথ-পাকথ য়েংনরক্লগদবনি । মহাক্লা য়ু ঙাওরকপা খুদিংগী মখোয়গী য়ুমথংননা লৈবা অমুচৌখোয়গী মায়কৈদা ওন্দুনা 'ইনাকখুনবা নংগী নরন্দগী চেঙ মরু অমত্তা লৌগে হায়খিবরা? লায়রবা ঐগী ইতৌ নংবু মরীক অমা ফাওবা তমজবা ঙম্বরা ? নংগী নুংঙাইবা অদুদি নোংম-নিনিতগীনিনে অদুগা নংনা ঙসি নুংঙাইরিবদো ঐগী ইরল য়াওই হায়বসে খণ্ডদ্রমানে ? নুপীনা ঙম্বা হায়দুনা লাউবসে মাগী হৈনবী ওইরে । অসুম্না লাউরিবসে করিগীনো হায়বা খণ্ডদে, নোংমতসু হংলুদে। মরম অমদি শোয়দনা লৈরমগনি, অদুবু খণ্ডদে। অমুচৌগী মচানুপাগা সঙ্গিতকা তিন্নরিবা নুংশিনরীবসিদি থাজগা

নোংইনগা চপ মান্নে। অমরোমদা মখোয়গী অহল-লমনশিংনা নুংশিনদ্রিবা য়েংথিনরিবসিদি হুইগা হৌদোংগা চপ মান্নে। অহলশিংগী লৈনরিবা মওংদু মখোয় অনিদা করিসু নাচুংবিদে।

অসুম্না লাউবসে সঙ্গিতনা য়াম্না ইকাইজরম্মী। নোবিনসু সঙ্গিতনবু হায়রবদি য়াদবা অমতা লৈতে। ফনা য়াম্না শাউরবসু নেমথৈ ৱাহৈ অমা অনি তাবদা। পুম্নমক সঙ্গিতকী নোল্লুকপা, হোংনবা কনবা কয়াদুনা ওইরম্বা য়াই। লৈকাইগী মমা-মপা কয়ানা মচাশিংবু ঙাংবা শকপদা সঙ্গিতকী মতৌ তম্মু হায়নরিবনি । সঙ্গিতনা তৌবা খুদিং মপানা য়াদবা অমতা লৈতে। মসি মাগী অফবা লিচৎ অমনি। 'মপা-মমা' অসিনা পোকপা মচানবু অসি য়ৌনা ফগনি হায়বসি থাজদে হায়বসি মফম অয়াম্বদা ঙাংনবা ঙাক্তনি। নোং ঙানবদগী নুমীৎ তাবা ফাওবা অরেম্বদা মতম মাঙহন্দে, লাইরিক পাদুনা য়ুমগী থবক ইনখাংদা মতেং পাংদুনা অদুম লৈ। অফবা মচা হায়বসিদি লোৎতুনা থম্বা ঙমপোংতে 'সমুদ্র'দদা, পুথোকপসু য়াপোংতে মীয়াম তিনফমদা ইচা ফৈ হায়দুনা। অদুবু মমা-মপাগী মীৎয়েংদা মহাকপু নুংশিদবা মীসু য়াওদবা নত্তে। 'মাগী মচানা তৌরকপা থবকপু কয়াম ফনি হায়বগে' মসিতনি। করিগুম্বা ইনাক-কৈরাক খুনবা ইমুংদকা পোক্লম্লবদি 'সঙ্গিত' কী মমীংসে 'ইবুংঙোদগী' মখা তারমগনি থাজদে। অদুবু হায়নবা অমদি লৈতবা নত্তে 'অফবা মচাদি লায়রবনি, অফবা শাবা থবক্তি ইনাক খুনবগীনি'। হিংদবদি য়াদে খুন্নাইগী মীনোক লৈরবসু অদুমক হিংবা তাবনি। মপাগী লাউবগী খোঞ্জেলদো তাবদা চেন্থোকখিদুনা মপাবু কৌশিনবা লেপলৈ । নোবিনসু পংঙাং ঙাংই, মাদি মচা লৈ হায়বা খঙদে চৎপনসু ঙমদ্রে । মপাগী মতৌদা সঙ্গিত ইকাইদবা নত্তে অদুবু ফত্তে হায়দুনা অফবা মপা অমা থিবা য়াদবনিনা কৌবা তাবনি নুংশিবা মিংগৌনা ।

- 'পাবুং ! চাক চাদ্রিবা নৎত্রা ? লাকও চাক চাবিররো, মতম অসে য়াম্না থেঙগ্রবনে। ইমান্নবশিংনা উখ্রগা ইকাইজে, সে তোকপিরো'।





- 'করিগী ইকাইদৌরিবা ? 'ঐনা মীগী মপোৎ হুরানবসু নত্তনা। মাগী অমুচৌ হায়বা গোপথি অসিবুদি ইগানা শিকিগী মান ফাওবা কিবীদে।'

-'অদু ওইরবসু পাবুংনা হিদাক থক্কুরগা মীঙোন্দা পংলাও লাউরীবা করিগীনো ? থক্কুরবসু ইরেঞ্জনা য়ুমদা হল্লকপা য়াদরা ? নচা ঐগী মাই করিসু য়েংবীদে, বিমোলখোয়দা ওন্দুনা পংলাও লাউরীবা করিগীনো, বিমোলনা ঐবু করি খল্লমগনি। সঙ্গিতনা মপাদা ইকাইনবা হায়রকই'।

- 'বিমোলগী খল্লুরবদি য়াম্না নুংশি ইচাগী মরুপ্পী, ইচাগা মাগা নুংশিবা চপ মান্নে। মপাগী 'গপ-সব' শাবা ঐ মঙাইরে হায়বা মতৌসিদা নুংশিদদুনা তৌবনি, মতুং অমুক লাউদ্রগা লোইরে, কৈদোই হায়গে'? নোবীনসু অশিং শানা খুম্মী। সঙ্গিততো অসুম্না ঙাংলম্লগা মাগী কাদা চংশিন্দুনা অমুক লাইরিক পাখি। মপানা মচিন্দা করিনো শোনবোই ঙাংবওই তৌহৌই।

মতম্না অসুম হৌখিবনা সঙ্গিত্তো মেত্রিক থাবে, হায়দোক্কদবা মতম খরা য়াৎলি। অহাংবা মতম অদু ইমুংগী লৈত-লায়র তান্নবা চীংমান চত্তুনা শীং চল্লি য়োম্ছোক্কবা। মমা মপানদি মখা তমহন্নিংদ্রবনি অদুবু মচাগী তম্নিংবা মতৌ অমদি হোৎনজমন্না ঙসি মেত্রিক থাহনবা ঙমজরিবনি।

অমুচৌনা বিমোলাগা সঙ্গিতকা লোয়নবসি কয়া পামদবনি, অদুবু পীক্লিঙৈদগী হৌনা মখোয় অনিসে শুকথা থাদোক্লদে। বিমোলদা ফুবসু কযাবক ফুপ্রবনি, ঙাংবসু কয়ারক ঙাংখিবনি অদুবু কবিনো খঙদে শুকয়া য়াদে মমান্নবগী মরীনা চেৎশিনবনরা ? মচানুপাগী য়াদবা মতৌদুদা অমুচৌ পেল্লমদে, করম তৌরগা লাপ্নহনগনি খনবদা অৱাবা অমা ওইখি।

নোংমগী নুমীৎনি অমুচৌ নোবিনগী ময়ুমদা লাক্কগা হায়রখিবদো, "ঐগী ইচানুপাদো নংগী অফবা নচাদুগা তিন্নহনগনু, ইচাদো অমোৎলাই চুদৌবে,

ঐগী ইচাসু নংগীদা চংহনগনু অদুগা নচানুপা অদুসু ঐগীদা থারক্কনু। ইকাইবসে খরা খরা খঙনবা ফৈকো খঙমন্দ্রবসু অফবা ওইহ্দবনি। ঐগী ইচাসিসু লায়রবা চুদৎনবা অসি নংত্রগদি মমান্নবা অতৈ ইরৈ লৈতরবরা খঙদে।' অরোয়বগী ব্রাহে খরসিনা নোবিনগী থম্মোয় মচেৎ তাহনখি। তাঞ্জা অদুমক বিমোল সঙ্গিতকা কাদা ফল্লিবনি। বিমোলসু ইকাইরকই মপাগী ব্রাদুদা। মপান্দা থোক্লক্কুনা হায়রে "ইনাকখুনবা শেঞ্জাও পায়বা ইপাইবুংঙো ! করিগীনো অদুক তাহারিবা, সঙ্গিতকা তিন্নবদা পাবুংদা করি অকায়বা লৈবগে ঐদি তিন্নখিবা তারি মতম খরা'' ব্রাহে খরদু তাবদা শাউবনা ঈ কারম্মী, অদুগা শাউনা লাওরকই-

''মপাগী চিহ্নক্তা খুন্নসু শাই, পিদৎ-পাদৎপা, ফিমন শেংপসি নংত্রবদি নংগী মরুপ অমত্তা লৈত্রবোই, মখা তানিংদে নশানা খঙজৌ'' হায়রম্লগা থোঙ্গাল্লোমদা থোকখি। ব্রাহে খরসে তাবদা অচৌবা লাঞ্জাও অমগী পুংফম য়ৌখিবনি। অখাক-অরাওনা (ব্রজনা) তারকপদগী ব্রাহে খরসিনা য়াকপা হেল্লি মখোয়দদি অদুবু বিমোলগী খন্দুনা মখা তাখিদবনি। মমানা মীৎতা পীরাং শিহ্নদুনা খাংঙমদনা খোঞ্জেল ব্রানা হায়রকই, ''বিমোল নংবুদি কৈসু খঙদবা অঙাংনি, অদুবু নংগী পাবুং অসিনা ঙংলিবা ব্রাহেসিদি থম্মোয় কায়রোইহ্দনা কনা লৈরীদগে, ইবুংঙোগা তিন্নবসি খরা লেপসি, হয়েং নংগী পাবুংনা....''। মখা তাবা নংদ্রি, 'নচাদা অদুগুম্বা ব্রাহেদো অমুক তাকপীগনু, ইমা-ইপানা য়াদ্রবসু ঐদি সঙ্গিতকা লোয়নবা কৈদৌনুংদা তোকখিরোই। ইমা ! নচাবু নুংশিবীয়ু'' বিমোল সঙ্গিতকী মমাদা মখোঙ তিংথোক্কুনা খুরুমজে।

মখোয়গী মতৌদো উরগা সঙ্গিতকী মমাদো খোঞ্জেল থোক্লা তেংথারক্লে। 'হে লায়রবা নংনা মী মশেলগী মরক্তা অনেম অব্রাং কৌবা অনি করিগী খায়দোকপীরিবনো? নংনা অসিগুম্বা থৌদোক ব্রাথোকসিবু য়েংলগা পেঞ্জরিবরা ?





নোংমা নিনি লৈরগা চাংয়েং (পরিক্ষা) হায়দোকপদা সঙ্গিত পোজিসন্দা য়াওরকই হায়বগী হরাওবনা পুমনিল নিল্লম্মী। লম্বীদা চাংয়েং হায়দোকপগী নুংঙাইদুনা পুল্লাং লাংনরম্মী। বিমোলসু চংশিন্দুনা য়েংই। মশাগী হান্না য়েংদে রোল নম্বর ৭১০৪ দা হান্না য়েংই। নম্বর অসি তরেৎশুবা পোজিসন্দা মিংগা কোন্ননা তোংব্রম সঙ্গিত হায়দুনা থাবদু উই। বিমোল মশাগীদি থার্দ ডিভিজন অদুবু মঙোন্দদি নুংঙাইতবা করিসু পোক্লমদে। মাগীদি সঙ্গিতনা অফবা ওইরকপদুনি হরাওজরিবা মরমদি মশানা হোৎনজমন্না তমজবনি অদুগা মাগীদি মমাসু মপাসু ওজা ঙাক্তনি। নোং ঙানবদগী নুমীৎ তাবা ফাওবা ট্যুসন্না মরোল অমা, মমা মপানা মরোল অমা গাইডনা তৌবিরিবা। করিগুম্বা সঙ্গিতসু চাউবমক নৎত্রগসু অপিকপা শাফু অমা পীবিবা ঙল্লম্লবদি শোয়দনমক্কী অচৌবা মিংথোল অম শোয়দনা ফংলম্বা য়াবনি। অমুচৌ ঙসিদি নোবিনগী মমাংদা ইকাইবা হৌরক্লে, মাগী নাপলদো মকু হুখিবদু মঙাই।

মরুপ অনি কায়নখ্রে তোঙান-তোঙানবা লম্বীদা। মখোয় অনিগী লৈনরম্বা মরীদু ব্বাংমা-ব্বাংমগী ব্বারী ওইরি। মতমগী ঈচেলদা লুপখ্রবা বিমোল কৈদৌনুংদা হৌগৎলক্কনি খঙদ্রে। ওক্তবগী মরুপ. খুদিংমক মাগী মরুপনি। অমুচৌগী মতৈ-মনাও অব্বাবগী ঈপাক্তা তাউরে, অমত্তা থোকপা থাজনি খন্দুনা থমজরুবা অমংবা লৈচিল লক্তা চংখিবদা উপায় লৈজদে, য়ুমদা নুংতিগী হঞ্জিল্লক্রে, য়ুমগী চাক-ঈশিং চাবা কাউখ্রমাল্লে, মীগীদসু চাবরা চাদবরা হায়বা খঙদে, চয়োল অমগী মনুংদা নোংমতনি, অদুসু শেন ব্বাত্তুনা লৌবা লাকপনি। মশাসু নোংম নোংমগী শোঞ্জিল্লক্লে। ঙসিদি অমুক খল্লক্লে নোবিনগী মচানুপা অসিগা তিনহল্লমগদবনিদা! অদুবু ব্বাখলগী মঙলাননি মৈশা ফাওরমগদরা ফাওরমলোইদরা হায়বদি বিমোলগী ব্বাখলগী মখা পোল্লি। মশা শোঞ্জিল্লক্রুবা লম্বী শরক্তা ঙাওবা ঙল্লক্রুবা মতমদদি কাংথোলদা হিপনা-হিপনা ঙাওবা তাবনি। বিমোল শোকচিনবগী মথক্তা

চাক চাদনা ফমুংদা লৈরক্লিবসে কুইরবনি। ঈশিংতনি মানা পাম্না নোংমগী য়াম্না য়াম্না থক্লিবসে। নোংমা অমুচৌ মচাগী শক্তমদো উবদা নুংঙাইত্রদুনা হায়রকই, 'করি মতৌ কৌবগে ইপাগী ইবুংঙো নঙনা তৌরিবসিবো, ইপানা ইচাগী ফননবা হায়দুনা কন্না হোৎনরকঅগা পামদবা লিচৎ-শাজৎ কয়া চত্তুনা ওইরক্লিবা ফিবম অসিবু ....... ? মপাগী ব্রা ঙাংবা লোয়দ্রিঙৈ মমানা চাক পুরক্তুনা ব্রা মখা তাখিদরে । মমানা পুরক্লিবা চাক ঈশিংদো টেবল মথক্তা থন্নগা ফমুংদা ফন্নগা মচাদা চাক চখোম ১/২ ইনবীগে হায়দুনা হায়বদা ''ইনাকখুনবা নুংঙাই য়াইফবা নতৈ-ননাওতা নবুক থন্না চাবিয়ু'' ।

- করিনো নংনা ঙাংলিবদো, নংনা ইমাখোয়বু ফত্তনা লৌরিবা করিগীনো ? ঐখোয়না নংগী ফত্তনবা করি তৌগ্রবগে ?

ব্রা ইঙাং ঙাংদনা অমুক-অমুক হায়দোক্লকপদা আ-য়ৌনা মরী-মখোঙ শম্নদনা ঙাংলকইবসিবু করিগীনো হায়বদি মশানা লাম্বা ফংজদে। মতম অমদা সঙ্গিতকা তিন্নরিঙৈদা মথোং হক্তবা চিঙ্গাক চাবদি লায়রদনা নোংমতা থেঙনা হঞ্জিল্লক্তে হায়ন-তান্নবা ফনা নীংথিনা য়ারম্মী। মরূপ অনি কায়নবদা তোঙান-তোঙানবা লম্বী ওইত্রে মখোয় অনিগী লৈনরম্বা মরীদু। অদুগা ব্রাঙাং খুদিং 'ইনাকখুনবী নতৈ-ননাও' হেক্তেমক পল্লকই। মাগী ব্রা খুৎফোংদোক্তা সঙ্গিতকী ব্রা হেক-হেক য়াওরকই। মসিনা তাকইবদি সঙ্গিতকা মাগা লাপথোকহনখিবগী মাল্লি। অমনা অমদা তাইনরকই, খৎনবা হৌরকই মতৈ-মনাও।

মতিক চাদে হায়দুনসু হিংদবদি য়াদবনিনা ওই ওইদে অঙম অঙম্বা হোৎনখিবনা সঙ্গিত 'ডাক্তর' হায়বা মিংথোল অমসু ফংজরে। মসিনা অমুচৌগী ব্রাখলদা অঙকপা অমদি পোকহনখি অদুবু নোবিন্দা মচা মতিক চাবগী হরাওবা নত্তনা মপানগী নাপল অমত্তা লৈত্তে। নোবিনগী





মতৈ-মনাওনা বিমোলগী অনাবদো নোংমতা ওইরবসু কমদৌরি হায়দুনা হংনিংবনি। অদুবু পললোল অমগুম খারল্বা অমুচৌগী ব্রাখলনা অপনবা ওইহনখি। কুইনা হিংগনি থাজদ্রবা বিমোলগী হকচাংদো নোংম-নোংমগী শোছ্‌বনা ঙসিদি ফমশেন্নবা হৌরক্নে। মচিন্দা 'সঙ্গিত' তা শোনখ্রে। মচাগী অনিংবদো ফংহন্নবা হায়দুনা ইকাইবা কয়া লংথোক্কুনা অমুচৌ নোবিন্দা চংজরে। নুমীৎ অদুমক্তদা সঙ্গিততা পাউ পীদুনা য়ুমদা লাক্লবা কৌখ্রে। য়ুমদা লাক্লবসু বিমোলগী মনাক্তা অকি-হঙ্গোই লৈতনা চংবা ঙমদে। মনাক্তা চৎলুরগে খন্না চংলক্লবসু থোংজিন ময়া নক্লকপদা হেক্তা থুক্কৎলি। ইমুংদা মী মখোল খরা তাই। থোংজিল ময়াদা লেপ্লীবা সঙ্গিতনা হায়ফম তৌফম খঙদনা অমুক্তা চংজরকপা য়াগদরা হায়দুনা থোংজিল ব্রাংমদগী হায়রক্লি, খোঞ্জেলদো তাবদা অমুচৌ মীৎতা পীরাং শিছ্‌বা খঙহৌদে। অপন-অরাক য়াওদনা নীংতম্না লোয়নরম্বা মরুপ অনিগী নুংশিবা ঈচেলবু তোখায় তাহনখিবগীদমক নৌহৌননা অব্রাবা চৈনা কয়া ফাওরকখি থম্মোয়দা।

'চংলকউ, ইচাসিদি করিগী কোয়রিবনো ? মসিসু নহাক্কী নয়ুমনি হায়না খল্লুনে, ইপাগী ইরাল কয়াসে নখোয়না অমুক্তদি ঙাকপীয়ুনে। নংগী মরুপসে ফাওর-ফাওরবা ডাক্তর কয়া তান্নরুবনি, অদুবু ফবা কৌবা লৈতরে অমুক্তা চংউ বিমোলসে নংতবু শোন্দুনা লৈরবনি। মতম কুইনা নীংশিংনবা নত্তনা শক্কা-শক্কা উনবা ফংদ্রবা, ঈ-পাউ ফাওবা থানবা ফংখিদ্রবা মরুপ অনি নকশিন্নখ্রে। সঙ্গিত চংলকপদু উবদা হরাওবনা লোইখিদুনা, হৌগৎ কাংখৎপা ঙমদনা বিমোল খঙহৌ হৌগৎলকপদা নীংশা (শ্বর) থিংখিদুনা অব্রাবা অমদি ওইখ্রে। ঙাইহাক লায়কন্নরবা মতুংদা মরুপকী নুংশি শক্তম য়েংলগা অরোয়বা ওইনা বিমোল তাইবং থাদোকখি । লংজখিবা মরালনা মশা মশাগী কোকথোংদা থাঙ্গৎনরি অদুবু কদায় ব্রায়েনবা মহাক্কী চৈরাক !❑❑

# ঐবু কৈশুমশঙদা থম্বীয়ু

বা নোম্বদা চিলহাও থিগন্দবা অবোথে য়ুম পান্দুনা মচা মশু য়াওখিবদগী তশেংনা অতনবা হায়বা লাইদো মঙোন্দা চঙখ্রবা খঙদে। শূবদি লায়রদনা প্রেমানা শেঙ্খোক লৈবা থবক অমত্তা থিসিবা পনবদা ফাওবা নুমিৎতুগী ওইনা মরৈ য়েৎনবদা চাবা থকপা কাউরিবনি। নহা ওইনা মৌ ওইরবসু প্রেমাদি মপুরোইবগী মপান তাংদুনা পংহিং হিংবী মৌনহা অমদি নৎলমদে। লম থোক্কুনা শেন তানবমক নৎত্রগসু ইশ্খোল শম্বলগী অকুপ-অনোমনা ইমুংগী লৈত-লায়রদি লেম পানা কোন্নবতা নৎতনা লেমহন্নবা হোৎনজে। মনেম-মকুনা অহোং-অচাও তৌদুনা তোঙান পীজখিবা নৎতে, লায়রবী ইমুংগী নুপীনি হায়দুনা শিরো নারো মতাগুম ইঙ্খোকপীরকখিবনি। শিবদি য়াদবনিনা লিংজেল মান্নবা মতৈ-মনাওনা কন্না হোৎনদুনা ইমুং অমনি হায়বদা ইনোপ নোপতনা মরন-মথুম কয়াদি লেপশিনজরবনি। অদুবু মতমনা পুরকখিবা অহোংবা করিবু হায়রুনি, খম্ব্রাংনা পাইরকপা চেক্লাদো নুংশি চাংয়েং তৌরুবদা শাদানবগী লাংদা নাম্মা তাখ্রবদা চেক্লাদো করম্বা ফৈরাথক্তা তোংলুগনি, অদুমকসু ওইখিদ্রি অবোথে প্রেমাগী পুন্সিদি !

অবোথেনা নহা ওইরিঙৈগী মখোঙ য়াঙবসিদি করিবু হায়রুনি, অহল-লমনশিংনা থাগৎপদা অরৈ-অরৈবা খিবিক - ইচানুপী পীদোইনি, ইয়া ওইদোইনি, ইমাক ওইদোইনি হায়নবসিদি অঙকপনি। মতমদুদা অবোথেদি মপাঙ্গল চাউজরবসু নুপী কনানো, নুংশিবা করিনো হংলিবা মতমনি। নোং ঙানদ্রিঙৈ নুপামচা অমগী শিঙ্খা লোইরগা ষন পাবোৎ অনিদুগী চানবা লাঙলিবনি, হৈকোল-লৈকোল শেল্লিবনি। পুং ১ মুক কাইথোক্লুরগা লৈকাইগী অঙাং ময়ামদুনা মাগী মনাক্তা চংলক্লুনা মানা

শূরিবা থবকসিংদো য়েংবা হেক চঙলকপগা অঙাং ময়ামদু পুশিন্দুনা লাইরিক তাকপা অমুক চঙখি। লোইরগা চাক চারগা কলেজদা।

কলেজদসু নুপীশিংনা মাবু পাঙদে নুপা মান্দে হায়বসিদা কৈনোনে হোমোবু হায়বনে, পাঙদববু হায়বনে। অদুবু কলেজ ওজানদি মাবু থাগৎলি। অহাঙবা মতমদা লাইব্রেরিদা, মতম খজিক লৈবদা ওজাগী মনাক্তা চঙদুনা টৌপিক অমগী মরমদা হেক্তা মরৈ তৌনৈ। হায়ন-হায়না কলেজ পুল্লিসু লোইখিবা খঙহৌদে।

কয়াম কুইনবু খোইমুনা লৈরাং উবদা শমাই লৈদুনা চেনগনি। মাগীসু পাখং অমগী থম্মোয় পাল্লিবনি। নুংশিবসু অদুমক মতমনা পুরকখি। অদুমক প্রেমাবু নুংশিখি, থম্লখি থম্মোয়গী অরোনবা য়ারী কয়া অদুবু অবোথেগা হৌমীন্নরকখিবা কলেজ তম্বী (ছাত্রি) কয়া, মাবু পাঙদবনি নুপা মান্দে হায়দুনা নৌনা নুংশি লম্বীদা খোয়দারুবা কয়ানা যুম্বাল লম্বী খঙদা মচা ১/২ য়াওথোকলু চান-থক্লবা লৈরকত্রদুনা কায়নবগী, মপুরোইবা ওক্তবগী কয়া কয়ানি, শম্ন নুংশি চৈনা ফংলবা মতমদা অবোথেবু নীংশিংলকই, পাম্লুরি মাগী পুল্লিবু অদুবু কনানা তম্লুবা ঙমগনি মীওইবগী মরাইবক, ইশানা শেমজবা লম্বীনি।

নুপীদা নোনজবা হৈজদবা, নুপীবু নুংশিহনবা ঙমদবা অবোথে হৌজিক্তি অঙকপগী মশকনি। প্রেমানা নুংশিনবা ইখিবা নুংশি মপাউ শৈরেং কয়া শৈরেংবা চাউবদি লাইরদনা ডাক্তর কমলনা কৈদৌরুনি। "নঙমূক নুংশিবসিবু লোক্লুংগী লোকলিন পরেংদা লৈরমখিগদ্রা? লৈরবদি হায়য়ু মফমদো ঐ লৌরুগে থম্মোয়দা লাৎচনবা" হায়রে অসিমক্তদনি প্রেমানা অবোথেগী নুংশি লম্বীদগী নাথেদুনা চেনবা ঙমদ্রিবা। নুংশি লাংদা থুম্লবদা কনবীনবা হায়রকই, - 'কয়াম কুইনা ঐবু অসুম্না চৈনা অসি খাঙহনবিদোইনো ? নঙগীদমক হিংলিবা ঐসে সিতাগী লাইবক ওইহনবীগনু।'

অটৌবা থাক্কি নুংশিবনা মখোয় অনীগী মীৎতা কনানা কনানো খণ্ডখিদ্রে, উরিসে মখোয় অনীগী শক্তমদুতনি।

অদুম্মক মনেম-মকুগী থৌগল ফংহন্দনা মপুরোইবগী থৌগলনা খ্বাইগী থৌগলনি খঞ্জরিবা প্রেমা কুইদে মমীৎতা মচা অহুম মথং মথং। মিকুপ অমা মাঙহনবদি লায়রদনা প্রেমানা মীগী থোঙজিন্দা চঙগনি পাখৎচবা শৃবা-নোম্বদা চিলহাও থিদবা অবোথেনা মচা অহুম শুরগা করিগীনো প্রেমাগা লক তান্নরিবা? নুমিৎ খুদিং মরৈতা ঙাইহরিবা, প্রেমাগী অশোয়বা থিরিবা ?

চহী কয়া চঙনা শেল্লকখিবা মখোয় অনীগী নুংশি-থুম্বালগী কান্নব্রবা মপালথোংগী অরঙ-অরাক কয়াদো নোংমা-নোংমগী ময়েং তবা লেপতে। মচাশিংগী চাদিং হুনবদি লায়রদনা মশানা মশাগী চাদিং ফাওবা পুথোকচবা ঙমদনা ইমুংগী পোৎ-চৈ কয়া খুত্থাং লানবা হৌদ্রে। মসিবু ভাইবংগী চৎনবীরা? মচাশিংগী অৱাৎপদি মমাদা, মমাগী অৱাৎপদি মপুরোইবদা। অদুবু মপুরোইবগী থম্মোয়না শা ওনথ্রবদা অকৱসু হু, ফত্তবসু হু ওনথ্রে। ইমুংগী লাঞ্জাও নোংফাদোক্কি ওইখিদ্রে। নুমিৎ খুদিংগী ওইরক্রে। কুম্মে ওইখ্রে। মসিসু পুন্সিনিকো।

পুন্নমকসি মমৌদা চিলহাও থিবী মকু-মনেমগী পারাদো ফাবা নৎতনা অতে করিসু ওইরোই। লৈকাই থোঙজিল চঙহল্লোই, মনেম-মকুনা লৌশিনবা ঙাইগে হোৎনজবা অবোথেগী ৱাখলবু শ্রীলঙ্কাগী লাঞ্জাওদা চঙখিবসিনদি রাবোনগী লাইব্রানা শোয়দনা ওইগনি। মমা-মপানা পামদবী প্রেমাগীদমক পাম্বোম শাংনা তিংখিবসি অবোথে নত্তনা কনা লৈখিব্রবনি। অদুবু ঙসিদি ৱাখল মপুং ফানা ওইগা য়েৎকা ওইরম্বা অনিগী থম্মোয় পুন্সীন্নবা য়াদ্রে, তোঙান-তোঙানবা তোর্ব্বান ওইখ্রে। ৱাইগন্দবা মননা





ব্রাইবদি শরু ফংই হায়বদুনি প্রেমাগী চিন, অবোথেগী নিঙাই। য়েংনবা ঙাঙবখক নত্তে, নাকপাক তাদুনা লেপনখিবদগী লায়রবদা পশ্থে য়ৌগ্রিবনি। চানিঙাই ফাওবা লৈরক্রুবা মতমসিদা মতম চাই খণ্ডদে চাদে খণ্ডদে মচিন কোঙ্গোল কানা খংনবদা অতাবা কনানবু নুংশিরুনি? "তৌরদৌনি মখোয় মতৌ-মনাওগী হৌনবী, লৈকায়সিদকা থম্বদা তুংগী অঙাংশিংদা চুশিনগদ্রবু কিজরেদা" লৈকায়না ঙাঙনবা ব্রাহেনি। ব্রাহে অসিগী ব্রাহম্বোকতি থিজিনবশিংতনা খণ্ডগনি। অতাবশিংতনা ঙাংনগনি।

অবোথে অমসুং প্রেমাগী য়ুম্বানবদা অসুম্না ওইরক্কনি হায়বসিদি কনানসু থাজদবনি। অদুবু মফমনা, মতমনা, মরমনা থবক ওইনা মাঙদা লেপ্পরবদা মনেমনা লৈকায় শরা শল্লি, অসুম্না তৌজরম্বা ইচা নত্তে, পু-পাং শুদবী শাগে (জাৎ) নাইদবী নুপী অসিবু ইমৌ ওইনা লৌরুবগী মহেনি ঙসি ইচা নুপানা অঙাওবা ওইনা লেল্লিবা। পুম্নমক প্রেমাদা লোইনা তাইশিনখি। অদুবু মসিগী অশেংবা লাইবা (মন্ত্র)দি প্রেমাগী মনেমনা অতোপ্পা নুপী অমগা লুহোংনবা অবোথেগা খাইননবা থাখিবনি। মরমসিনা ঙসি তশেংনা ঙাওরবা অঙাওবা হায়বদো ওইখিবনি।

অবোথে তশেংনা ঙাওবদি নত্তে, প্রেমাগা লক তান্নবা হোংনবদা নোংম-নোংমগী অতন-লায়না চঙদুনা তৌশিন্নবা অঙাওবা ওইরে। ঙাওরবসু চাদবা য়াদবনিনা মাগীদি নোংমগী শোইদনবা থিবা হৌরক্কে । থবক শুবা তনবা মীনদি চিনবান চোংনা চানবা লৈতবনা মীগী মপান তাংদুনা চানবা, নোংমগী চাখাউ থন্নবা হোংনরক্কে। প্রেমাবু নুংশিদবা কয়ানি, অবোথেবু নুংশিবসু কয়ানি, মখোয়গী কুন্দোদা নুংঙাইজবা মীওইসু কয়ানি। কয়া অসিগী মচিনদগী তাখি ব্রাহে কয়া-"ইমুংগী কান্নবা থিবদা ইকায়বা খঙলমদবা অবোথেনা ঙাওরিবা প্রেমাগী ইশৌ কয়াননিকো?অদুগা অমরোমদা অমুক 'মপামগী লৈত-লাইরা মমাগী খনবদা অবোথেনা তনজবা লন-থুম কয়া প্রেমানা মপামদা থৈখিবদগী অবোথে ঙাওরেকো' অদুগা অমরোমদনা

অখঙবশিংনা মনেম-মকুগী লাইব্রাদা মচা মমৌ অনিসি লাপ্লবা তরেকে।"

মমা মপানা ইছেল্লবা মচা মমৌনি, প্রেমানা মচাশিংগী খম্বদগী, মপুরোইববু নুংশিবদগী অবোথেবু কিদবনি অদুনা অবোথেনা প্রেমাদগী লাপথোকপা পাম্বনি থাগৎলগা চাউবা মীওইবনি। ফৈবু হায়রবদি হরাওদবা লৈতে। মশানা মশাবু কনানো খঙদবা মীওইবনা অচুম অরান থিদনা চিনবাছোংগী খোইহি লেক্লবা হোৎনরুবা হু ওইরমদুনা শিখিবা কয়ানি। মীওইবদি মথি ফোংলগা শাউই লাইদি হরাওই। কুম্মৈ য়েংনিংবা কয়ানা ঙাংলিবা শেমজিন শ্যাজিনবা বাহে কয়ানা অবোথে তশেংনা অঙাওবা ওইরবনি। অবোথেগী অহলশিংনা প্রেমা নৎতবা অতোপ্পা নুপী অমগা লুহোংবা পামলি অদুমকনা শীনবা খুজিল থৌরাংনি। অদুবু বাখল চোইরবা অতনবা নুপা অমদা করম্বা মমা-মপানা মচাবু পীনিংগনি। প্রেমাসু মচাশিংগী অরাম থৌরাংবগী মৈশানা শিবা কিদ্রে। লাইমকনি লাৎচবা মপুরোইববু ঙাংবদা হালেঙবা লৈখিদ্রে। ঙাওশিন্নরবা অবোথে প্রেমাগী বাহে কয়াদু খাঙবা ঙমদ্রদুনা চিনদা শিজীন্নবা বাহে তুংইনদুনা থ্রাঙনা প্রেমাবু থিনম্রে। মচাগী অরাম-থৌরাং মৈশাবু কোকচনবা মপুরোইবনি বাকৎচরুবা চমজরবী প্রেমানা তাইবং থাদোকপ্রবদা অবোথে ঙাওবদা ঙমখৈ লৈখিদ্রে। চমজরবী মাবু হাৎপগী মিশাইবদুতা নত্তনা মচাসিংবু করম্না হিংহনগনি খনবদা অঙাওবা ওইরবা অবোথেনা পুলিসতা সরেন্দর তৌররে।

"সার ঐ ঙাওরবনি, ঐবু ফাবীয়ু। ঐদি ঙাওবনা ঐগী নুপীবু হাৎতোকই। মরম অদুনা ঐবু ফারগা থম্বীয়ু।"

"নঙবু ঙাওরবা তশেংবরা ?"





- "সার, তশেংনা ঐ ঙাওরবা মীশক অমনি অদুনা ঐবু কৈশুমশঙদা থম্বীয়ু ঐ কৈশুমশঙদা ৱানা লেনজগে।"
- "তশেংনা ঙাওরবা মীদি ঙাওবসি খঙদবনি অদুদি হায়য়ু নহাক্না ফাবীয়ু লাক্লিবা করিগীনো? অঙাওবা ওইনা লম্বী লমহাংদা চত্নুনা লেনবা য়াদ্রা ? মদুনা নংগী অফবা ওইনিদা!"
- "সার, ঐনা ঙাওরবসু ইচাশিংদুনা চানবা লৈত্রবা মতমদা মমাগী মহুৎ শিন্দুনা মপা ঐগী ইনাক্তা শোয়দনা লাকনি, মদুগীসু মথক্তা মী হাৎলবা মীশক অমগী ময়ালদি মাবুসু হাৎপনি। শিবগী মহুত্তা য়াম্না ৱানা হিংবা পামজবনি ঐবু ফাবিয়ু।"
- অদুদি নঙ অঙাওবা নত্তে নথায় হিংনবা চেন্নকপনি নত্রনে?
- হায়নিংবা হায়বিয়ু, ইন্সপেক্টর ঐবু কৈশুমশঙ থম্বীয়ু। ❑❑

# হল্লক্রোই মতমদো

য়াম্নমক মচিন চৎপা নৎত্রগসু সনতোসকী ইমুং পংনোপ নোঙে, মপা মপুনা থগ্নীরম্বা মান-চাং অদুনা লৈকাইগী মীয়াম্না হাইফেৎ মশক খঙনরবা 'মহাজন' অমা ওইরি। লৈকাইগী লৈত-লায়র মীয়ামগী অরে-লৈত ফংননবা মহাক্কী শেন তোনদবসি পাক্লা য়াওরমগদবা মান্দ্রে। শেন্দোং পংচাও-চাওনা লৌরমদে, মীতা মীতা য়েংনা শেন চৎথোক্লম্মী। মশাগী মান-চাং লৈজদবা মীশক্তদি পাক্লা শীরমদে। কোল-লিক, সনা-লুপা থল্লগা অয়াম্বনা শেন চৎথোক্লম্মী। মশাগী দুকান রো অমদা কা মরী শান্দোক্তুনা শেনসু থা থাগী লৌদুনা মাগী মমীং হেন্না হেন্না চৎপা হেনগৎলকই। মীওইবদি মপাল শাত্রবসু মহৈ হেক্তা চান্নবা হোৎনৈ, থাগৎলগদি চাউনিংদবা য়াওদে মশাগা চান্নে-চান্নদে খঙনদে।

নাপলনা ইথক হৌদুনা নোং ঙানবদগী নুমীৎ তাবা ফাওবা থবক ইনখাং শুদনা নোংমগী কা ৬/৭ তি মতে মনাওনা শোইরম্লরোই। অহাওবা এঙ্গাং চাদুনা মতম খুদিংমক্তা নুংঙাইনা লৈরম্মী। মমা মপাগী লন-থুমনা মাগী মঙাল হেনগৎহনখিবনি নৎলমদ্রবদি ঙসি মানা ফংলিবা মিংথোল অসিদি অব্রাংবা ওইমল্লি। মানা শান্দোক্লিবা কা অদুদা লৈরিবশিং অদুনা মশা-মশাগী মমা মপাগা য়ানদদুনা লোল্লা হোংলকপা, নুপী অনি লোনবদগী লৈমিল্লবা য়াদদুনা হোংলকপা, লৈত-লায়র তানবা লাকপা ঙাক্তনি। অমগা অমগা নাপল, ঐ ঐনা হেল্লে হায়দুনা চৎনবা ঙাক্তনি। কৈদৌনুংদা পুনশিল্লবা য়ারোই। নোংমা ময়াং মচা 'রাজেস প্রসাদ' কৌবা অমনা সনতোসতা অহাংবা কা অমদা লৈজগে হায়দুনা লাক্লম্মী। সনতোসসু অদুমক য়াথোকই। মপাললোমদগী লাকপা মীয়ানচাশিংদি শেন ব্রাদে, য়ুম্নুবু কিনা চৎলি, হরাও-কুম্মোদা থব্রাই য়াওদে, ময়াই কাবা চিঙাক চা থক্তে হায়বসি

খঙবনিনা যুম্নু অয়াম্বনা মীয়ানচাশিংনা 'ভারা'দা লৈগে হায়রকপা খুদিংমক হরাও-হরাও য়াথোকই। মখোয়দি মপাঙ্ছোংদা পোলাংগুম হোত্রোং হোৎদৌ উরবসু মনুংদদি সনানা পুময়োম য়োল্মী।

রাজেস প্রসাদ হান্না কৈথেল মনুংদা পোংফম্বী কয়াদা কা, বেরি, চুরূট চং-চংতুনা য়োল্লম্মী। অদুবু ওসিদি দুকান মচা অমা লৌরগা তেক্লি-তেক্লি ফমখিবনা ফনা য়াম্না চাওখ্রে। পোং মখল অয়াম্বা শুদবা অমত্তা য়াওদে। মীকুপ অমত্তা অরেম্বদা মাঙহন্দে, লৈরম-লৈরম্বা থবক হেক্তমক পাঙথোকই। মখোয়গী হোৎনবা কনবগী মহৈননি ওসি মণিপুরগী শরুক কয়া খুদুম চন্দুনা লৈরিবা মমৈথংদা ফি কনথোক্লল্লগা অতোপ্পা লমদম অমদা চেনখ্রগদরা হায়দুনা পাখৎতবা ওমদে লমদম অসিগী মীয়াম।

সনতোস মতৈ মনাওসে নোংমগী কা ৭/৮ দগী ইত্ত অপ্রে অহেনবতা ওইরি, মমল য়াম্বা চুরূট থকপা লেপ্তে। শিরগা লোইরে হায়না খনবরা করিনো? শিবদা পুবা য়াদে হায়বা মী খুদিংমক খঙনরবা মাল্লে। অদুগা মীয়ানচা খরদি তল মচেং অমগা কয়াদা খেন্নরীবা ? রাজেস প্রসাদ মণিপুরদা চংলকপা নুমীৎ অদুদগী করি তৌগদবনো খঙদনা মতম কয়া মাররালি মচা কয়াগী দুকান কয়াদা থবক ইনখাং শুরম্মী হায়, মতম খরমুক লৈরগা মৈতান য়োল্লম্মী হৌজিক্লা পান দুকান অচৌবা অমা ফম্লীবসিনি। মসিদগীনি সনতোস মতৈ মনাওনা কা লৌরিবা। মসিগুম্বা কয়াসিনা যুমগী মমা মপাদা থাগী লিশিং ২/২ দি শোয়দনমক থান্নবা হোৎনৈ। চহী ২০ লোমগী ময়াং অমনা খল্লিবা রাখলগা সনতোসনা খল্লিবা রাখলগা কয়াদা খেন্নরিবা ? নোংমা মীথুং ওইদুনা চংজফম লৌরম্বা মানা 'মহাজন'গী ফমথোল কাপ্লে। নাপল তৈরম্বা সনতোস ওসিদি শেন চংথোকপদি লায়রবনা মঙোন্দগী লৌর-লৌরগা চাবা হৌরক্লে। চাখিবা চিঞ্জাক্তি ককপা ওমদবনা অরাবা মৈশারক্তা অমুক্কসু ইকং লংশিনবগা চপ মাল্লন্ত্রে। নোংম-নোংমগী চাদবদি য়ারক্তবনা মতম মতমগী লৌনম্বা রাহৈনা দুকান কয়াগী শেনশোং শিংদোকপা ওল্লক্তবা

অদুনা চাবনা নোংম-নোংমগী হেঞ্জিল্লকপা অসিদা সনতোস অচৌবা ইপাক অমা লানগদৌরে হায়না মশানা খণ্ডজরে।

নুংতিগী শোংপা ওইবা য়ারক্কে, থা থাগী কা ভারা অদুগা পীথোক-পীশিন তৌনবা তাবনি, কা 'ভারা' শান্দোক্লবসু মদুনা কান্নফম পীফম খণ্ডলক্কে, হান্না লৌবগী হৈনবী অমা মঙোন্দা লৈজে। সনতোসকী মপান তাংদুনা চারন্না কয়া ওসিদি সনতোসকী ইমুং-মনুংনা লৈকাইদা লৈত-লায়র কোয়না থিরক্তবা য়ারক্কে। কনানা থাকপা লাং নক্তে মশানা মশাদা থাকচবা লাংনি। করম্না মতমদা কাইগনি হায়বদি সনতোস হায়বা ওমদে। অরু-অহেক্ত পামজরম্না সনতোস ওসিদি ইমুংগী নুপী অঙাংদা ঙাংবা হৌরক্লে, অকে-অমৌদা তাউরে হায়দুনা। হিংনবা লানফম অসিদা কয়াম কুইনা লম্ফাং অনিসি মায়োক্লগদগে হায়বদু অবাবা অমা ওইরক্লে। ইমুংগী লৈত-লায়রদা ইমুং মহি লাংলক্লে। মাগী লাই ওইব্রবা অহলদুনা মাবু মীগী থোংজিন্দা লেপ্তনবা হায়দুনা থম্বীরম্না লন-থুম কয়া লোইরক্লবদা ওসিদি মখুৎ হাংনা লৈবা তাবনি। প্রসাদকী ইমুং মনুং পুম্নমক কৌথরক্লুনা সনতোসকী ইমুংদা বায়েন তৌবা হৌগ্রে, করি লম্বী (উপাই) লৈরিবগে, কি কনথোক্লুনা হিংবা তাবনি। মসিতনা অপেনবা ওইরদরা হায়বদি তম্না ওমদে। নোংমা প্রসাদনা সনতোসকী কা 'ভারা'গী মরমদা বা হৌদোক্লম্মী, সনতোস শাউবদা লোইগ্রে, ময়াং কাক নংনা অফাওবা শারিবসি কনাগী লমনো হায়বদু নশানা খণ্ডগ্রবরা হায়রম্মী। ওইদা শিংলগা য়েৎতা পঙলগা থৌনা ফবা শাদুনা কৈদৌরুনি মীগী শেন্না খাং কোয়রবদা করিনো তৌগদবা? কান্নবা লৈতে হুই মপু য়োংনা তানবগী বাকমদুদা অদুমক তাই। তৌদবা য়াদবা থবক অমসুনি। মসিনা অকায়বা, অমাঙবা হায়বদুদি মশা মশাগী তমজবা খুদোল অদুনি। সনতোস ওসিদি মঙাল অমা লাক্লে। হৌগ্রবা অরেম্না নাপল কয়াদো নিংশিংলুরগা হেন্না হেন্না নিঙমদবগী চৈনা কয়ানা মহাক্কী হকচাং পুম্নদা ভংতনা চৈথেং পীরি। ফংসি মৈচাক। ☐☐



সনতুমস্ট পাম্বম্ 




# তাঙ্গোইলক্তা মৈ



দি মতমদো য়াম্না পীক্লি হকচাংদি চাউরে পাঙ্গলসু ফনা মঊ লিংলবা তাঞ্জানি। খম্নবগী ৱাখলদি ইরৈ লৈতে হায়। চানবগী নুংঙাইনবগীদমক্তা কোইচেন চেন্দুনা শান্নবনা ঐগী তৌফম থোক্লবা থবক অমা ওই হায়বা খঙউ। থম্বীরম্মী ইথক্তা চাউরবা য়ুমজাও অদুগী মনুংদা অদুগা চংনখিবনি ইমাসু, পাবুংসু, ইবুধৌসু পুম্নমক। মতম অদুদদি করিগীনো কদাইদনো হায়বা খঙলমদে মখোয়না চংনরীবদো। ঐগী ইমানা হায়রম্মী, ''নঙ য়ুমদগী হেনদোক্লম্বা য়াদে, মতম অসিগী সিফাইদি অঙাং অহল য়েংদবনি পংফাদা ফারগা ঈ চুপ্পনি। নংগী পাবদো হল্লক্তরে অদুনা থিরুগে তৌবনি। মরম ওকপা মচানি মমানা হায়বা ইনবা মচাদি মতম পুম্নমক্তা মাঙদে। নঙসু হয়েং চাউরগা অফবা, অচৌ অশাং মীয়াম্না মকোক নোনবা ওইননবা ইমানা হায়বা ইনগদবনি। ইমা চংলুখিগে হায়রগা কোম্লোং লোনশিল্লি। মরম ওকপা মচানি হায়বদু তাবদগী হুরাওমন্দুনা কারোমদা চেনশিনখি। লাউখি 'কুইনা লৈরক্কনুকো, ঐদি য়ুমদগী শুকথোক থোকপীরোই'। মমাংগী কাদা থল্লিবা টি, ভি, দো থারগা য়েংনবা সোফা মথক্তা ফম্মী। ঈশেরা করিনো খঙহৌদে লাক্লম্বদু মুংখি, মথংদি চরুনা শাবা শক্তম অহুম-মরী পুথোক্লগা পুং-কার্টাল য়ৈদুনা মীয়াম্না পুদুনা চংলি। শক্তম অদুনা নুংঙাইবা পোকহল্লি ঐবু, থম্মোয়দা চংখিবগুম মপান্দা থোকপগী তাঞ্জা পীরমদে। মীৎ কুপ্তনা য়েংঙী শক্তমদো। লাউই মীয়াম্না 'মণিপুরগী ওমখে কায়বা য়ারোই', 'লোং লিভ মণিপুর', 'ঐখোয়দি থৱাইদগী ইমা লৈবাক্লা হেন্না পামুজে'। ময়াম্না লাউর-লাউরগা চংনরিবদো খঙলমদবনি অদুবু ঙসিদি ময়েক সেংনা খঙবা ঙম্লে। লমগী

লমদাই মুনগদবগী অতোপ্পা লৈবাক্তা হোৎনবদা লমদম অসিগী লুচিংবা কয়ানা মবুকচেল শেংবা শাদুনা মশাগী য়াইফনবা খনবদগী মণিপুরগী শক্তম কায়গনি খঙলবা লমদম অসিগী চল্লবা মীয়ামগী থম্মোয়দগী থোক্লকপা ৱাখলনা অকনবা খোনফম শিংনবা ঙমদবদগী ভারত সরকারনা মীয়ামদি পঙই, তৌগে হায়বা মখৈ তৌবদা য়াগনি খন্দুনা নাগা তাবা লমখৈ পুনশিনগনি হায়বদগী মীয়ামগী ৱাখলদা মণিপুর কায়বা য়ারোই হায়বা লানফমদুনি। মীয়ামগী অশাওবা মৈরীনা ইঙাগী নোংজুরক্তা ফাওবা মুৎপা ঙমখিদে, তুম্না চাকখি হায়। ঐ টি, ভি দা মৈ চাকই হায়বদি খঙম্ভী অদুবু কদাইদনো হায়বদি খঙলমদে। ঐঙোন্দা ইমানা ৱারি কয়াদো মরিক চুম্না লীখি। ঐনা লৌশিং তারকপা, হায়ফেৎ চাওরকপদা ঐবু পোকপা পাবা লৈরমদরে। ঐগী ইচিন্না 'পাবা' কৌবা ফংহৌদে। মসিবু নুংঙাইবা হৌনবরা ?

ঈহৌ অদুদা পুন্সি ১৮ শিখি হায়না তাকপি। ঙসিদি 'কেক্রু পাৎতা' মচিন-মনাও ১৮ না তুংগী মীরোলদা য়াইফ পাউজেল পীরি। নখোয়গী হোৎনজমন কাউজরোই হায়দুনা ঙসিগী মীয়াম্না ময়েক শেংনা ইরি। নিঙজবতনি ঐগী পুন্সিদি অদুমক নিংবা থুংলরোই মরমদি পীরাংসে মীৎকি ময়া নক্লা লৈরম্মী, হেক নিংশিংলুবদা তারক্কদবগী তৌই পিরাং। অমুকসু খল্লকই, ঐতা নত্তেকো, ঐগুম্বা লিশিং কয়া মমা-মপা কায়নরমগনিকো। অৱাবা পুংফম্না তোইনা ইনাক্তা লেপলুরসু নুংঙাইবা পুংফম ওইনা ঐদি হেক্তা লৌনবা হোৎনৈ।

অঙকপনি পুন্সিসে ! হৌবু-হৌরকপদি নিংশিংদবা জল্লক্তে, টি, ভি, দা অটোম্ব বিন্ডিং কয়া মৈ চাক্কুনা মী মরাং-মরাং তৌনরম্বদগী ফুং বাউনা হেক মুৎথিবদগী ঐনা মপালদা থোক্লকপা মতমদা চৎনখিবা ময়ামদো হল্লরক্লম্মী। মীকপ মীরাওখোলনা পীক থম্লি। কনামা করিগীনো হায়বা খঙলুদে অদুবু ঐবু পোকপী ইমাদো লৈমায়থক্তা ওয় খোইনা কপচখি,





খরা অমনা ইমাগী খুজেং নাম্মা নাম্মা পায়দুনা লাক্লরি। ঐনা ইমাগী মতৌদো উরগা কপ্ন-কপ্না চেনশিনখি ইমাগী মনাক্তা, ইমাবু ফারিবা অনীদুগী মখুত্তা য়ানা চিক্কে তৌই অদুবু অহল 'মনা ঐবু পম্বীখি। ঐবু উরগা ইমাদো কপ্পা হেনগৎলকপগুম তৌই। ঐসু পাখৎতুনা ইমাদা মুন্না য়েংই। শুমাং মতোনগী য়েংথংবা নাকলদা অঙৌবা ফিনা কুপশিন্দুনা থন্নীবদো কনানো হায়বা অহানবদদি খঙলমদে অদুবু মমৈদদি পাবা ওইদুনা লৈরম্মী। ঐনা খল্লি, ইমানা অদুক ৱানা তেংথা নাওইরগা করিগী পাবানা নুংঙাইনা তুন্নীবনো হায়না। মওন-মওন খল্লিঙৈ কপ্তুনা লৈরম্বা ইমাদো অমুক নোক্লকই মচিন্দা মুরুম-মুরুম শোল্লগা, ''নরৈবাক্তা পোকচবগী লমনদি শিংজরেদো হে অথৌবা, চংনা লাইরৈবাক কাবা ফংজরে নঙদি, অদুবু ''লাইবক থিরবা ঐদি ইদোম তরক করম্না হিংখো হায়রিবনো? নচা অপীশক অসিগী কুম্মৈ য়েংদনা চৎলবরা নঙবু, অমুক্তদি খুন্নম্মু কৈদৌবগে নহাকপু নচাসে কনাদা শিন্নরম্বগে? য়ুম্বানবগী নুংঙাইবসু মপুং ফানা ফংদ্রিঙৈ ঐবু থাদোক্তুনা চৎলিবদি করিগীনো ? নঙগীদো ঐবু ৱারৌরিবা হায়দুরা, ঐবু নুংশিদ্রবরা নহাকপু। নঙনা ঐবু নুংশিদ্রবশু ঐদি নহাক্কী লমন য়াম্না তোল্লি, ঐবু অমুক্তদি ঙাইরম্মু কৈদৌবগে'' ইমাদো পাবাগী মনাক্তা চোং-চোংদুনা তেংথাবা হৌরক্লে। পীক্লিবা ঐসু মফম মরাং খঙদে পংকপ্তা কপ্পি। ঐবু পন্নীবী অহনদো ঐবু তোক্লবা তোয়না থেল্লম্মী।

পীরাং শিন্থনা কপ্লম্বী ইমাদো অমুক নোকপা হৌরক্লে, ঙাংবদি লেপতে 'নরৈবাক্তা পোকচবগী চংনা লাইরৈবাক কারেদো হে অথৌবা ! করিগী কাপলুগনি অথৌবা মপারীগী অনোই ঐনা। চৎলো নোক্লম, মেক্লা মায়োক য়াদুনা, মেক্লা মায়খি পীরম্লগা লৈগী দোজাই তোংথিন্নরম্মু নথোম ময়াম''। অমুক কপ্লকই, 'নঙদি অৱাবা পুম্নমক কোক্লে হায়দুনা হরাওরমগনিদো অদুগা ননাই নুবী ঐবুনা পুন্সিগী পিরাং খক্তনবা খুদোল



অমগা, ঐবুসু অমুক্তা পুবীয়ুনে মখোয় 'পাবা'। ইমাগী অমুক নোক অমুক কপ্পা মতৌবু কুম্দ্নেগুম য়েংলি অকোয়বদা লেপ্তুনা, মীৎকী পিরাং তৈথোক্ল বসু য়াওরি খোঞ্জেল থোক্তনা। কপ্ল-কপ্লা খঙহৌদে তুরেলগী মোংফম য়ৌখিবা নুংশিরবা 'পাবা' গী হকচাংদো অশি লমদা চৎনবগী মৈরীবু ঙাইদুনা লৈরী। খোঞ্জেল থোক্লমদবা থম্মোয় কয়া খঙহৌদে শাফু কল্লবা মৈরীদুনা চাকখিবদা। ❑❑





# মঙফাওনদ্রবা মঙলান



পুন্সি হায়বসি মখল মথেলনি। কনানা পামজবা চিঞ্জাক কনানা হৈনদে, থবাইনা তাজবা শিনফমসু করিগুম্বদা করেম্নবী কনাগুম্বা খরদদি, করিসু কায়দে মাগী মাগী অনিংবা অপাম্বগী মখা পোল্লি। অঙাং ওইরিঙেদগী মীয়ামগী, লৈবাক্কি, লৈকাইগী থবক ইনখাংদা থবাই য়াওজবা, মসিনা মমীৎ মমায় শিংহনবগুম খঙবী প্রতিমা ঙসিদি মৌগী শিংদা চল্লে। সোসিয়েল বার্করনি, মঙোন্দা নুপাগী নত্রগা নুপীগীনি হায়বা থোইদোকপা লৈতে। মীনা ফনা য়াম্না ঙাংনরবসু মঙোন্দা নাচুংবা হায়বদো মচেৎ অমত্তা লৈতে। অদুননি ঙসি ফাওবা মীয়ামগী লুচিংবী অমা ওইরিবা।

মৌগী শিংদা চনখ্রবা প্রতিমা অবাং-অপা লৈত্রবী য়েংলুবা খুদিং মসিদা বাংলে হায়বা হায়ফম লৈত্রবীনি। মহে-মশিংদা চংখোনবী, য়েংবদা অদুক্কী মতিক চুং ফিরাল চারবীনি, শক্তা চুঁদা বাত্তবী মহাক্কী বাখোক্তা কোক-লু কায়নখিবী, ঙাংবা শকপদা মহাক্কী বা তানবা ঙাইনবদা য়ুম-কৈ কায়নখিবা ইমুং কোঙ্গাইনি, কাথোকখিবা ময়া উমশিনবা হেক্তা কাউনৈ, মীমাং থোকপদা নুপা অমদগী শরুক তরা হেল্লি, মরল মথুমদা প্রাতিমা মীয়াম্না শক খঙনরবা কলেজ অমগী প্রোফেসার অমগী মচানুপীনি, মমানা রিমসকী ষ্টাফ নর্সনি, নুপী অমা ওইনা হৈবা য়াবা অয়াম্বা শরুক্তি হৈরে। নহা ওইরিঙেদা বাখল লৌশিং বাংপা নত্তে, লৈকাইগী থবক থৌরমদা থবাই য়াওজবগী মহৈনি হায়বা তাই। মহাক্কী খ্বাইদগী লাইবক থিবা অমা হায়বা তারবদি য়ুম্বালবা মতুং ঙসি ফাওবা মমীৎতা মচা অমা ফাওবা উবা ফংদবা অসিনি। মসিননি মহাক্কী পুন্সিদা তোয়না কাইহৌরিবা।

মতম কুইনা মমীংতা মচা অমতং ফংজরবদি হায়দুনা অখঙ-অহৈ, মাইবা-মাইবী কয়া তান্নবদা লৈজবা মরল-মথুম কয়া লৈরকত্রবনি। ফংদে হায়দুনা ঙসিসু হোৎনবদি লেপ্পা লৈতে, মচা অমতং ফংজরবদি হায়দুনা। তায়োন্নবা তাইবংনি, তুংলমচৎকী মীওইবনি। তাইবংগী খুৎশেম, মপুগী নোংদম কনানা খঙবা ঙমগনি। নিংথিবী নাপল চাওরবী মেরাগী থানিলনা তাইবং থম্মোয় কয়াদা মঙাল পীরগে খল্লবসু, করি 'উপাই' লৈরি, ইঙাগী নোংনা খনখ্রবদা। মীওইবা খুদিংমক্না হিংনরিবসি করিগুম্বা পান্দম অমগী মঙলান্দনি। মঙলান অদু মঙফাওনবা নত্রগা মঙফাওন্দবা হায়বসি মীওইবগী লাইবকনি।

"নোংমগী চানিংঙাই ফাওবা লৈজদবা ইমুংদা অঙাং মঙা-তরা পীবিগদবগী শরুকপুদি ঐঙোন্দা শুপ্নগী ইচা অমতং পীবিরবদি প্রাতিমা ঐগী থম্মোয়সে কয়াদা নুংঙাইজগদবা" প্রাতিমানা তাইবং মপুবু অদুক্কী মতিক য়ারৌই। য়াখলদা শাগৎচৈ মঙলান কয়া'মা, অদুবু মঙফাওনগদ্রা খঙদে। তাইবংগী অয়া-নুংঙাই মরক্তা প্রাতিমাগী শরুক্তি অয়াবতনা শরুক চাম্মা চাম্মা হেনবগুম তৌই।

প্রাতিমা মীয়ামগী খন্ন নৈনবা অমা চৎলুবনি। যুমদা হল্লকপদা শাংলবা লম্পী অদু তেনশিনহনবা ওইনা কৈথেল কুম্নকপী ইনে শখিগা য়ারী য়াতাই কয়া শান্নদুনা লাকমীন্নবনি। মতম মতমগী য়ারীনা চিন্দা পুবা হেল্লি। প্রাতিমানা হায়রকই, 'খঙদে লমদম অসিদা মীয়ামনা হিংদৌরিবা পুন্সি মরেল ! 'আইন'না কোয়না ঙাক্লিবা লমদম অসিদা আইন্না মীওইববু হেক্তমক মাঙহনবী, তগৎ তগৎ তেক্লম্বা লৈরাং কয়া খঙহৌদে লৈমন চন্দুনা কেনখিবা। পম্মমকসি চুপ্পি পায়রিবা মঙোন্দা হেক ইত্তিনলুবদগীনিকো। মফমদা তিনজবিবা অমদবু অদুক হুছনা তোছনা খনবীবসি হাকমল্লি। লৈবাক ঈরাং থোকহনবা, লৈবাক মচেৎ তানবা হৌজ কয়ারক শিনখ্রবনি, কয়ারকসু মায়থিবা ফংখ্রবনি পিক্লবা চিংলৈবাক

অসিগী মফমদা..।' মখা তাদ্রিঙৈদা শখিনা ওক্লকই, ''করিগুম্বা ভারত সরকারনা নুংশি মীয়েংদা য়েংলম্লবদি মনিগী লৈবাকসে মালেম শিন্না ফাওরমগনি। অপিকপা জিববু অচৌবনা শরাক তম্বীবদি হৌনশানি অশোনববু অকনবনা নৈহৎপদি তাইবংনি।' প্রাতিমানা খুম্মী। - ''মখোয়গী ব্রাখলদা লৈবাক অসিগী মখল মথেল কয়াগী লৈরাংশিংবু মানা চিংমীনি নত্রগা মাবুনা তম্মীনি হায়দুনা মচোই-মচোই তাননবা হোৎনরক্লি। মীওই খরদি নুংশিবগী ঈচেলদুবু লমফাংননা চেলহনবা পাল্লি। মখোয়না মিহৌরোলগী ব্রারীবু খণ্ডলুদে, ভাইহাক্তগী ব্রাখলদা তুংগী থবক খুদিংমক লোয়না কাউখিবগুম তৌই। খণ্ডলবা কয়াগী থম্মোয়দদি শেনদে, মায়থোংদা হৢাওবগী মমি তাদে''

''চুম্মী, ইম্মুং অমগী লৈমিন্নরিবা মচিল-মনাও, মমা-মপানা ইংনা চিক্লা পানদ্রবদা য়ুমথংনবা লৈকাইগী মীশিংনা খুৎ থিংজিল্লকপা ব্রারক-ব্রাতেল্লকপা হায়বসি মশানা তাবনি' ব্রাহে খরসি হায়নরম্লগা শখি ময়ুম মপা য়ৌদুনা লৈহৌরে, প্রতিমাসু প্রপ-প্রপ য়ুমলোমদা চংলকই।

অয়ুক অঙনবদগী চাক চখোম খরা চাখিবা নৎতনা নুংথিল পুং মরি তারকপা অসিফাওবা মচিন্দা.করিগুম্বা অমত্তা তাদনা মীয়ামগী অচৌবা থৌদাং লৌরুবী প্রাতিমা চোকথবনা লোইরে, চৎপদা তুরোই ভামলোই হাইরে। ব্রাবনা চোকথরবা হকচাংদো ফ্রিজ মনুংদা থম্লিবা হে মহিদু লৌথোক্লগা গ্লাস ২ দং থকচিনবদা খরা খজিক তেকখৎপগুম তৌই। চাক চাখিদরে, মফি মরোল ফাওবা হোংদোক্তনা ফম্মুংদা লোংনা হিপখিবদগী অদুমক তুমপ্র-মাল্লে।নিকেশ চংলক্তুনা অমুক অনিরক কৌরম্মী, তাদ্রবা অদুদদি ব্রারম্লগনি খন্দুনা মখা তাখিদরে। চাকখুমলোমদা চংদুনা চাকখুমগী থবক ইনখাং লোইশিন্দুনা করিনো অমা কাদা চংদুনা তৌখি।

থবক চৎতবা থা মখাই অমরোম শুরবনি। ঈরাং মরক অসিদা থবক ইনখাং চৎপদি লায়রদনা

মপান ফাওবা থোক্কদবা কিনরবনি, তৌদবা য়াদবা খরা নত্তনা। মফম অদুদা ফুরমলেগা, অদুদা হাংহৌরেগা, ফাপ্রেগা ঙাক্তা, অদুগীসু মথক্তা হন্দক্কী মণিপুর কায়রগনি হায়বগী ঈরাং অসিদি খ্বাইদগী চাউবা লানফম অমনি। নিকেশনা ঙসি মকোক থোংবা ওফিসার অমা ওইবা ফংজরীবসি প্রাতিমাবু মাগী নুপী ওইনা ফংজরুবদগীনি। অসুম্না ওইরকনি হায়বসি কনানসু থাজনদে। অদুবু মঙোন্দদি ওফিসার অমনি হায়বগী চাউথোকপা অমত্তা লৈজদে। অচম্বা পুন্সি মরেলনি। মতৈ-মনাও অথোক তাশিন তৌদুনা তুংগী অফবা লম্বী থিমিন্নৈ।

মমীৎতা মতম কয়া মচা উবা ফংলক্রুবা প্রাতিমা নৌনা মচা অমা ফংজবদা হরাওবগী ঙমখৈ লৈখিদ্রে। অতিয়াদা থোকপা শজিক থাবাগুম নুমীৎ খুদিংগী খোইদানা য়েংজে। মচাগী অপাম্বা খুদিং তৌবা ঙমদবা লৈখিদে। মচানা মখোয়গী থবাইনি।

মীকুপ অমা মচাবু উদবদা লৈফম খঙদ্রবী প্রাতিমা ঙসিদি ঙসাই অয়ুক অঙনবদগী থোকখিবা মচাবু নুমীদাং য়ৌর ফাওবা উরক্রবসিদা অঙাওবীগী শক্লোন লৌখরে। ফুক হৌগৎলি থোঙ্গাল গেট ফাওবা ফিংনা চেম্থোক্লুই থুনা চংশিল্লক্লুনা অমুক হেক ফমথৈ। মশম মনা থাদোক্লুনা কোইরে কোইরে লৈদুনা য়েংজে। তশেংনমক অঙাওবী হায়দু ওইরে। ঙরাং নহালগী লান্দা নৌজরিবা নহা কয়াগী পুন্সি খাঙুথক্তা পুন্সি কয়া পিখমখিবদো মমীৎতা শং-শং উরকই, খল্লকই ইচাসু লৈঙাকপা মখোয়গী মখুৎ চনশ্রবরা? অরোইবা কায়নরমদাই মীকুপ অসিদা ইচাগী মচিন্দা করিমত্তা পীজবা ঙম্লোইদৌরিরা ? ঐবু ইচাগী খোঙ্গুল লীরুসিরা হায়দুনা বাখল মওন-মওন খল্লকই। ঙসি লমদম অসিদা লাঞ্জদ্রবা মীওই কয়াগী মমল য়াম্লবা পুন্সিবু অপোম্বা লৈরাংগুম মমল লৈতনা হেকতোকপীরিবা অসিবু করিগীনো? শা হাংপদা 'আইন'গী চৈরাক ! মীয়াম অমা পাক্তক্লা হাংলগা চৈরাক পীবদি লায়রদনা খঙশিন উশিন্নদে। শেন খরা পীরগা





অদুমক লোইশিনখি। থবাইবু শেন্না লৈবা ওম্বরা? ওমখৈগী লান অসিদা মচানুপাসু য়াওখি হায়রবা প্রাতিমা খঙই মরমদি লান অদুদা য়াওদবা কনাবু লৈরমগনি। লানফম অসিদা মপারী মমোম কয়ানা ইমাগীদমক থবায় কৎনখি। 'ঐগী ইচাদি মথন্তা পোকপনি, তোমখিন ওানবনি। ইমীৎ অসিনা ফাওবা কন্না য়েংজবা ফাওবা পান্মুজদুনা ফিরৈনুংদা য়োমদুনা থমজবনি, নত্তে, নত্তে ঐ ইচা য়াওদনা ঐ ইথন্তা হিংবা ওন্লোই। ইমাগী তোমখিন ! নংবু য়ুমসিদা অমুক্তা হল্লকউবা। নমা ঐনা ঋরিবসে করিমত্তা উদ্রবরা ? নত্তে, মীনুংশি খঙদবা মীয়ান সিফাইনা ইচাবু শোয়দনা ফাজিল্লমগনি। ইচা ফাজিন্দুনা থম্না য়ারোই, প্রাতিমা ঐ লৈরিঙৈ ইচাবু কনানা খুদুম চনবা ওমগনি, লৈরম্মু ইমা লাক্লে ইচাবু কনবা, শাগী লমচৎ চৎপা মখোয়গী মফমদগী, ক্রিং-ক্রিং চোংদুনা লৈমায়দা ওন্ন তেংথাজে।

অরাপ্পগী নিল খোংবগী খোঞ্জেল অদুদি ময়েক শেংবা অসুম অসুম হেনগৎলক্লি। ময়ামদুগী মরক্তা বোম-গুলিগী মখোলনা প্রাতিমাগী থম্মোয়দা মৈচাক হাপকৎলকই। তেংথা নাওইরিবা প্রাতিমা মপুরোইবগী মনাক্তা চঙশিনদুনা খুদুক কুন্না মপুরোইবদা ওাথরগা হায়রকই, 'মখোয় পাবা, ইচা তোমখিল কদাইদা লৈরমগনি, ইচাবু থিবা চৎসি, কদাইদা লৈরমগনি থিবা চংলুসি.... লাক-ও থিবা চৎসি। ফুক হৌগৎলগা খুৎতা পায়দুনা চিংই। প্রাতিমাগী মতৌদা নিকেশ লৈতাফম খঙদে। 'ঐসু করি হায়গদবনো খঙদে প্রাতিমা, লৈকাই লৈকাই চৎতুনা থিরুদৌবসু কর্ফিয়ু অসিনা লোইদ্রি ফাওবদি 'উপাই' লৈতে। লৈকাই চৎপদি লায়রদনা থোঙ্গাল ফাওবা থোকপা য়াখিরোই। করিসু খল্লুনুদা মমান্নবশিংগী য়ুমদা শোয়দনা লৈরমগনি হয়েং নোং ওাল্লগা লৌরুসি কৈদৌবগে। চংঙু ইমুংদা পোখাদুনা লৈয়ু। নচাদো শোয়দনমক লৈরমগনি। নহাক নশাদো ঋাই শংদ্রিবনি, নংনা থবাই নুংওাইতবা খন্দুনা লৈরবদি হয়েং ইচাদো খুদোংথিবা য়াই' প্রাতিমাবু খেমজিনলি তত্তনা। অদুবু চাক্লিবা মৈরীদুদি ঈশিং হৈর-হৈরগা মৈচাক হেনগৎপগুম তৌই।

'তামো ! কর্ফিউ লৈরি হায়দুনা ঐখোয়না কিরি, অরাপ্পদনা মীয়ামগী খোঞ্জেল, নত্তে নং নচা নুংশিবা মশক খঙদে, ঐদি ইচা লাকত্রি ফাওবা তুমখিরোই' প্রাতিমা মচাথিবা চৎকনি হায়দুনা থোঙ্গাল্লোমদা থোক্লকই। নিকেশনা প্রাতিমাবু ফাজিন্দুনা পুশিল্লকই। মীকুপ খরা লৈরবগী মতুংদা মীকপ মীরাওখোলবু নমখায়দুনা গাড়ী অমা মখোয়গী ময়ুম য়ৌনা থৌরকপদু মতৈ-মনাওনা উই। প্রাতিমা মচা পুরক্লে খন্দুনা হরাওনা গেট লোমদা চেম্থোকখি।

'ঐগী ইচা থিনবীরক্লেদনা, ইচাগী খনবদা বাজরবী ঐগী থম্মোয়বু মপুনা উবীদুনা থাবীরক্লিবনিনা। নখোয়গী লমনদি শিংবা ঙম্লরোইদো।' প্রাতিমাগী মতুং ইন্নরক্তুনা নিকেশসু থোক্লকখি। অমুকসু হংঙী 'ঐগী ইচা য়াওরক্লবা নত্রা ? থম্বীরম্লো ইচাদো, ঙসাই নোংঙানবদগী মচিন্দা করিমত্তা চাদ্রিবনি। অঙাংবা ঈখেংনা লৈতেংবা মচাবু গাড়ীদগী পাখঙ অহুম মরিনা পুথোরকপদু উবদা হরাওজে মমানা মমীৎতা পিরাং শীন্থদুনা।

'ঐগী ইচাবু ময়াম্মা থিনবীরকপসে ঐগীদি লাইবক ফবনি, ময়ামগীদমক করিনা থৌগল তৌজগনি, ময়ামগী লমন তোঞ্জরবনি, অঙম্মা মতমদা মীয়ামগী মতেং পাংজগে' হায়রম্লগা থবাই য়াওদ্রবা হকচাং অদুবু অরৈবী থানা কোনশিঞ্জরগা চুপ্পী মরাইবক্তা। 'বারম্লগনি ইচাদি, নোংঙানবদগী করিসু চাখিদ্রবনি। লাও ! ইমাসু ইচাবু ঙাইদুনা করিমত্তা চাদ্রিবনি, ইমাগা চাক চারুরসি। করিগীনো নঙনা ইমাবু লক্লরিবা ?

থবাই য়াওদ্রবা হকচাং অদুদা হঞ্জিন-হঞ্জিন চুপ্পী। মীয়াম্মা মমা-মচাবু কোয়শিন্দুনা লেপ্লি। শেন চঙনা শাখিবা নোংমৈ গুল্লিনা মীওইবা মশেন হাৎনশুনবা কোকহনবা ঙম্লীবরা? করিগীনো লৈবাক চুপ্পী পায়রিবা কয়ানা মশাগী তৌফম থোকপা মথৌ তৌদনা ওন্নবা তৌরিবা ? নোংমগী হাৎনা শুনরিবা, ঈ মশেল খাইবুং খাইবুং তানবা হোৎনরিবসিবু করিগীনো ? অবাবা বাহৈ কয়ানা হুমাং অনপ্পী কাদুনা ঙাংলি মথন্তা।

তাঞ্জা অদুদা নিকেশ প্রাতিমাগী মতৌদু উবদা পাখৎনা চংশিঞ্জরকই। প্রাতিমাবু হৌদোক্তুনা কেদৌরবগে হংঙী। প্রাতিমা লৌশিং লাকই, নীংশা শাংনা হোন্দোকই 'তামো ওহোকপা হায়বদুনি, ওইসু ওইররোইদবা মঙলান অমদা তাউরুরে। উবসু ফংলরোইদবা মঙলানবু ইফমদা উহনবীরগা মুনবিখি ইথানুংদগী চেন্নাক চেনফোই তৌদুনা পুবীখিবনি। অশিবা হকচাংদু ইফমদা পীবা লাক্লম্মীনে। করি থোক্কদৌরিবনো খঙদে।'

'করিসু খল্লুনুদা মঙগী ঝাবু অওইবা ওইনা লৌবা য়াবরনে, লাউ নশাদো নুংশিং নুংশা খরা চাহনসি, চাকসু লোইরবনি হায়দুনা প্রাতিমাবু পুখি। চৎনা চৎনা প্রাতিমানা মখা তারকই, 'নহানমুক্কী মপোক্তা করি ইরাল লঙজখিদুনা ইমীৎসিদা ইচা অমত্তা উবা ফংদ্রিবনো ? অসুম্না পুলি অসে অদুমক লোম্বা ঙাইবা তারিবরা ? তত্তনা হংবা ঝাহং অসিবু হেক হংলবদি নিকেশ ঝা মচেৎ অমত্তা ঙাঙলরোই।

প্রাতিমানা মখা অমুক তারকই, 'তামো কোয়না চৎপীরিবা নুপা নখোয়না কদাইদা করি লৈ থিবীগেদি হায়দ্রগা অদুমক তুম্মীন্না লৈথোক্লবদি নঙ-ঐগী তুংগী মীরোল ইচা-ইশু হায়বদো ইমীৎসিনা উবা ফংলরোই, হৌজিক্তি খরবু ফরি হয়েং নঙ-ঐনা অহল ওইরগা ঐখোয়গীদমক কনানা পাম্বোম তিংবীগনি। অদুগীসু মথক্তা নঙ ঐনা তানশিনলিবা মাল-চাং কয়াসে কনাদা শিন্নবীগে খনবীবনো ? হয়েং শিবদা পুবা য়াবা পোৎসু নত্তে, হৌজিকসে চাওখৎলবা মতমনি। অখঙ অহে খরা তান্নবীবা ফবনি। প্রাতিমা খৌরাংবা হেনগৎলি ঙসিগী খৌদোক অসিনা।

ঐসুথিরিবনি, তুমীন্না লৈথোকপা নত্তেনে। নঙনা খল্লিবা অদুদগী শরুকচম্মা ঐসু খল্লিবনি । নঙ ঐগী লাইবক্তা অসুম্না তম্বিরকনা করিদি 'ঙাই' লৈরি । ফরে মতমসে ফনা থেংথ্রে তুম্নবা তৌরসি । নিকেশনা ফনা থেমজিল্লবসু প্রাতিমাগী থম্মোয়দদি তওরি ঝাখল অমদা মঙলান কয়াদা মঙফাওনগদ্রা মঙফাওনরোইদ্রা হায়বদি ঝাখলনা লাম্বা ফংদে । ওল্লাং খোইশাওনবা মচৎপু কাওথোক্লবা নিকেশনা কোনশিম্বীরি মথানুংদা। খাম্না য়াদ্রবা ইন্দ্রিগী মচৎতুনা অহিংগী অচিকপবুদি কাংথোলগী মখোলনা মাংহনথ্রে। মঙলান পুম্বা কাইথ্রে মীকুপসিদা।



# পাসজদবা শিনফম

কনানবু পামজবা য়াওবগে ? কনাসু পামলোই মহাক্না চংলকপা, মাবু চংলক্কনি খনবদা কোইচেন চেন্দুনা মীয়াম্না নাহোক্লবা হোংনৈ। মানবু থুংলুবা মফমদো মীওইবগী ওইফম থোকপা শকফমদো হেক্তা মাংঙী পুমওন ওল্লি অনৌবা শকফম, মশম মনা ইফা ফাই অঙাওবীগী মতৌগুম, মফি-মরোল ইমোং মোং য়েংবদা অদুক্কী মতিক মীনুংশি ফাওই অদুবু পামজদে হায়দুনা নাহোকপদি কনাসু ঙমদে, লোৎতুনসু ওইবা য়াদে, চেন্দুনসু পত্থুংফম লৈতে। অদুবু মীকুপ খুদিং হুমাংমল ঙাইজবা কোরৌ খোঙচং থাজ শিঙবুম য়েংদুনা পুন্সি চংখিবা মহাক্কনি 'লায়রবা' মহাক্না লাপ্না থৈদুনা চংখিবা, নকশিন্নবা য়াদনা তোঙান-তোঙান্নবা হোংনজরিবা।

ঙসি য়াম্না তমথিরবা লায়না অমগুম খুন্নাইদা, ইমুং অয়াম্বদা থেংনরিবা 'লায়রবা' হায়বা লায়নাসি তা-চাওবগী ইমুংদসু লেপ্পরি চিথবা তৌদনা। শরুক থুংবীরম্লী মাগীসু। লায়না অসি হেক্কমক শন্দোকপা নত্রগা লৌনগনবা অমদি নত্তে। লম্বী খরা হিরম খরবু ঙাক্না চংলুদবদগী লায়রবা হায়বা লায়নাসি নাখিবনি। লায়রখিবনি মীওই খরনা অচাওরম কারিঙৈদা, চিনগী লান্দা মায়থিদুনা, ঙায়হাক্কী খুদোংথিবদা, খরা অমনা মচা-মশু হায়বা মুৎনাইদ্রবা লন-থুম কয়াবু তান্নবা হোংনবদা, খরনা অমম-থাজবীগী থারবা কুয়োম্না কুপখিদুনা।

তা-চাওবসু লম্বী অনিবু পুক্রিং চংনা পান্নবদগী খোইদাক্লবদগীনি। মানা খনখি 'ইচা হায়রবসিদি ফংগে হায়দুনা হেক্তা ফংবা পোৎ নত্তে, লাইনা পীবিরক্লবা মমল য়ান্নবা খুদোল কয়াসে অরেম্বদা মাঙহল্লবদি

শোয়দনমক চৈয়াক ফংগনি। ইচানা অথোইবা লম্নী হায়বসি মাগীদি লেঙদ্রবা বাখলনি। ইবেচাওবীসু অদুমক য়াবা তাই মপুরোইবনা পান্না বাখল্লোন খুদিংমক। নুপানা তৌবতা য়াগনি খল্লিবা লমদম অসিগী নুপী ওইবীশিংগী বাখল্লোনসিবু অফবা হায়সিরা ? নুপানা তৌবা খুদিংদা অয়েৎপা য়ানিংদবা ফোঙদোক্লুরদি নুপানা হায়বা ইন্দবী নুপী ওইদৌরিনি। মমা মপাগী অমত্তা পোকপা মচা ওইবনা অকে-অমৌতনি তা-চাওবা। ঙসিসু অদুমক লৈরী অদুঙেগী হৈনবী। অদুবু ঙসিদি অদুক হাক্লা হান্নগীদুগা মান্নদে হায়বা তাই। খোঙগুন তারে হায়নরিবনি হৌজিক্তি। নোংমগী কা ৪/৫ চারম্বদু ঙসিদি অমত্তা ফাওবা চাবা ফংখিদ্রে। ইবেচাওবী অদুমক হাক্লা চিঙ্গাক ফান্নী মৌ অমদি নত্তে। য়ুম অসিদা লাকখিবদগী অনৌবা ফিজোল হোংখিবতনি। তা-চাওবা মপা-মপুগী লনথুম মরাং কায়না ফংলবসু অকে-অমৌদা লুপ্লিঙেদা খল্লুদে তুংদা লাকদবা কয়া। য়ুম্বানবা নৌরিঙে ইবেচাওবীগী ফদি ফারা শাবা লিকচবা মতৌদুদা য়াম্না হৈনখিদবনি, তা চাওবনা তৎতনা ঙাংবী নঙনা হৌজিক লিক্লিবনি হায়দুনা তৌরিবদো হয়েং শিরগা পুবা য়াগদবা নত্তে শিদ্রিঙেদা অহাওবতা চাগদবনি, ফজবতা শেৎকদবনি হায়না অমুক অমুক ঙাংবী। 'ওজা'বু ফরদি মহৈরোইসু শোয়দনা ফবা তাবনি। মখোয় অনি ষ্টেন্দর্দ লৈবা তান্নবদা ঙসিগী ফিভমসি য়ৌখিবনি। শিবদা, করিসু পুবা য়াগদবা নত্তে খন্দুনা অহাওবতা চারিঙে শিবসু শিহৌদ্রে, মচাদি অচৌবসু য়াওদে অপীক-অপীকপা ঙাক্তা অঙাং তরেৎ নোংম-নোংমা হৌখিবনা তশেংনা তা-চাওবা লায়রবা হায়বা মীশক ওইখিবনি। অহাওবতা চাবা তান্নখিবা থবক অমত্তা শুখিদবা তা-চাওবগী ইমুং ঙসিদি থবক্তনা অহাওবা ওইদ্রে, অফবা চিঙ্গাক চাবদি লায়রদনা নোংমতা মবুক থনবা ঙমজদে। মচাশিংনা মরোল অমা খিবোং চাওরিবা, নোংহেক ঙানবগা চাগেগা থকেগা ঙাক্তনি। মচা ময়ামগী অরাম খৌরাংগী মীকপ মীরাওখোলনা তা-চাওবগী ইমুংগী লৈতেং ওইরি। মশক মতৌ নিংখিবা। মতম অমদা মপা লৈরমদবী ইবেচাওবীগী মশক্তো ঙসিদি পুমহোং হোংদ্রে। অসুম্না খীগনি হায়বসি কনাসু থাজনদে। নোংমা নোংমগী অহল ওইবদি হেনজিন্নকই, চহীগা য়েংনবদা ফনা খেন্নরে। য়ুম্বাল লম্বীদি ফনা ঙনখি

অদুবু য়ুম্বাল্লোনগী নুংঙাইবদি খঙ্বা নংহৌদে। ঙাইহাক্তি নাপলদা পুন্সিগী হেক ওইগদৌবগা মান্নে। মপালদগী লাকপা মারবারি মচাশিংগা ঐখোয় মীতৈগা খেন্নরিবসি হেক হেক নীংশিংই।

ইচানা অখোইবা লন্নী খল্লম্বা তা-চাওবা ঙসিদি 'নখোয়না শিগ্রোবা ঐ পুবা থাংবা ঙমদ্রে হায়দুনা চৈবা থাংবা হৌরে। ঙাইহাক্তা ইংনা চিক্লা পোখ্বাবা ফংজদে মচা ময়ামগী খোঞ্জেলনা। করম্বা মতমদা ঐখোয়বু নুংঙাইবা য়াইফবা ওইরক্কনি হায়বসিনা মাগী অনিংবা ওইরে। নোংহেক ঙানবদগী 'হাজিরা' শুরুবগী অবাবা পোখাগে খন্দুনা ইমুংদা ফাওবা চংদনা দারিদা ঙাথদুনা পোখারীবা তা-চাওবদা কদোমদগী চংলকখিবনো খঙহৌদনা ইবেচাওবীনা হায়রকই।

- মখোয় মপা লাকপা কয়াম কুইরবগে ? শেন লৌরুনি চৎখিবদো ফংলকপা নৎত্রা ? কদাই হৌজিক থোংনবা চেং লৌরুগে ইচা ময়ামসে লাপ্লে হায়বসিনা লোইরবনি ঙসাই মখৈ মখোয় মপা লাকপা ঙাইরন্নীবনি।

- অস ! হৌজিক ফাওবা চাক থোংদ্রি ওইরেকো ? খরা পুবা থংবা তৌবা য়াদ্রা ?

- মখোয় মপানা পুরক্কনি হায়বদুদা ...।

- অশাওবী কাদদুনা ঙাংগে তৌরম্বা তা-চাওবা তপথরকই। মানা তপ্লা হায়রকই, নুমিৎ মঙানি শুদ্রিবা ফাওবা শেনকা অমত্তা পীখিরোই হায়রকই। ঐনা খরদা ওইরবসু হান্না পীবিয়ু য়ুমদা খুদোংচাদবা লৈরে হায়রুবদা নঙতা নত্তেনে সুরিবা মীয়াম পুম্নমক নঙগুম্বা ঙাক্তনি। নঙনা অদুম্না পিৎ-পিৎ হায়গদবা লৈরবদি ঙন্না তোকহৌবনা ফরনি, য়াওগে হায়বা মীসু কয়া' লৈ নঙবু নুংশিবগী য়াওহনবনি। ঐদি বা য়াম্না হায়নবসি হৈনদে হয়দুনা ঙাংলকই। মসিতা নত্তে য়াম্না হাংলকত্রপোৎনি। ঐসু মখা তারমদনা অদুমক হল্লক্লবনি।





- অদুদি হৌজিকিদি কমদৌবা ? অঙাং ময়ামসিনা অমুক্তা ওইবা চাগেগা থক্কেগা মতৌ অমনি। তালক অসিদা অঙাং অহুম মরি চেন্থোরক্তুনা মমাগী মনাক্তা খরা মপাগী মনাক্তা খরা লেপ্লি মখোয় অনিগী বা তাগদৌবগী। অঙাংশিংদি অসিগুম্বা বারী বাতাইসি থোক্না খঙদে মখোয়না তারিবা বারীদি ঙসি চাক থোংগদরা থোংলোইদ্রা হায়রবসিতনি।

- অদো নঙসু উপাই অমতংদি য়েংউদনা, ঐসু হোৎনবা য়াবদি হোৎনরে। ঐতা ঙাইদুনা লৈত্রসু নঙসু খরদি হোৎনবা ফৈদনা, নুপী নঙসিদি!

- শিংঙি হায়দুনা করিবু তৌরুনি, ঐ লাকপা উবদা য়ুমলোন্নবা ইমুংগী মীশিং থোং হেক্তমক লোনগদৌবগী তৌই, দুকানশিংদসু মদুমঙাই ঐ হেক উবদা হান্না পৈশা য়াওরকপরা, হান্নগী শেনশোৎ শেংদোকউ হেক্তা হায়রকই মসিদবু করিনো তৌগদবা। ফুরগা মুল্লকপদি তুমীন্না লৈশিনবনা হেন্না ফরবরা হায়না খল্লবনি।

- হৌজিক্কালগী মীশিং অসিসু খরদি হেনমনশ্রবনি। মখোয়গী লুপা খরদো হাৎলগদি ঐখোয় চেনখিরোইদনা। মসি হায়রল্লগা ফমুংদা তা-চাওবা কাখৎতুনা তুমখি।

তা-চাওবগী মতৌ অদুদা ইবেচাওবী মখা তাদ্রে। লৈমায়দা তপ্লা ফমথখি। অসোমদনা খোমগকলাই চুরবা মচা অনি/অহুমদুনা পুনদগী অইংবা ঈশিংদু অরাম খৌরাংবগা লোয়ননা কন-কন্দুনা নংহৌররোই মচাগুম থক্লিবদো উরুবদা মীৎতগী পি শীন্থবা খঙহৌদে। তৌনিংঙাইদি লৈতে অঙাংদো অমা অনিতা নত্তবনিনা। খঞ্জে মতোমতা মীওইবা ওইনা পোক্লগা মমা ওইবগী লেমজনিংঙাইসু য়াওদ্রবা ঐনা করিগী মমা ওইরুরি ? মচা পোক্লগা মচাবু মহৈ মশিং তমহন্দুনা মশা-মউ ফহন্দুনা মতিক চাবা মীশক অমা ওইহন্দুনা তুংগী লম্বী শেন্না ঙমদ্রবা ঐখোয়বু মমা মপা অমা ওইবগী পান্দম করিনো ? মসিদি শাগী মচৎনি। ঐখোয়মুক তোনবসিবু মালেমসিদা লৈরমখিগদরা ? য়ুমলোন কৈরোম্নবশিংদগী মাগী ইমুংনা পুমতোপ তোপ্পী হায়বা খঙজে অদুবু শিবদি য়াদবনিনা হিংবা তাবনি পুক্তিনা লৈরী মখে।

থাশিগী অহিংসু থানিন য়ৌরকপা ঙাই অদুবু ইবেচাওবীনদি মখোয়গী থানিন লাকখিনি হায়রবসি থাজদে। মতম অমগী শকফমদো নত্তে ঙসিগী মাইখোং, মশম মনা ইফা ফাই অঙাওবীগী মতৌগুম, ময়াং ইকং কংঙী ফনেক খোংদাইনা মাগী লৈতেংনি। নোংমগী চয়া তানবনা মখোয়গী মথৌ ওইরে। মথুন লৈবাক তাদবা মখৈ শু-নোন্নবসু নিনি শুনা নোকচবা ফংদে।

তংতনা মপুরোইবদা হায়জে "মাই পাবুং, শেম্লোক লৈবা থবক অমদি তৌবীয়ু কৈদৌবগে ? মসি থোকনি হায়দুনা ঐনা নহাম্না হায়জদ্রা, ইচা অনি অহমসিনা তোক্লসি হায়দুনা, নঙনা য়াবীখিদবা নত্রা ? ঙস্মী হায়বগী মতাগুম" ইবেচাওবীনা ঙাংজরিবা হায়রিবা কয়াদো মনাকোংদা অমত্তা হাপ্তে। ঐনা তৌবনা ঐনা হেল্লি খঙবা তা-চাওবনি। মরল লৈতনা শঙোম চারুবগী মহৈনি ঙসি তা-চাওবনা ফংলিবা, মীগী শেন্না খ্বাং কোয়রিবা। নোংমতা হরাওনা ময়ুমদা লৈবা ফংজদে। মীগা অৱাই অখুম তৌনবদা ঙাংবা শকপসু হায়নিংঙাই লৈতনা হৈরে। তশেংনা ইচম চম্না মাগী ময়ুমদা লাকপা মী ফাওবা শেন থৌবা লাকপা ওইরবোই নিংদুনা লোংপদা ইকাইবা নংবা কয়া য়াওখ্রবনি। মতৈ মনাও নোংমতা খৎন-চৈনবা লেপ্তে, লৈকাই য়ুমলোন-কৈরোন্নবশিংনা মখোয় মতৈ-মনাওসিতা লৈত্রবদি ফখ্রনিদা হায়দুনা হায়নবা য়াওরবনি। ঙাইহাক খৎনবগী ৱাতনি মীকুপ অমা ইবেচাওবী য়াওদবদা তা-চাওবা লৈতাফম খঙদে।

ঙসিদি ইবেচাওবী হকচাং নুংঙাইতে হায়দুনা থবক শুবা লেপ্তুনা ফমুংদা হিগুনা লৈ। নুমিদাং থোংখিবা অদুগী অরেমবা চেং খরদুনা মচাশিংদো চাকখোম অমমম প্লেটতা, তেঙ্কোংতা হাপ্তুনা পীজে। তসেংনা ঙরাং থোংবদু য়াম্মল্লি হায়দুনা লেপ্পা নপ্তে, হয়েংগী থোংননবা চেং অমত্তা লৈতে হায়দুনা খরা থায়দোকহৌবনি। ঙরাংসু পুক থনফাংতনা চারিবনি। অঙাংশিংদুদি চেঙ লৈতে হায়বা খঙলোই কল্লগা লাওবগা তৌনি খঙবদগী ইবেচাওবীনা থাকহৌবনি। তা-চাওবা মনম মহাও য়াম্না চেন্নগা ফৈরি ফৈরি তৌদুনা ইমুংলোমদা চংলকই। কদাইদা চংলুবনো হংবসু খুমদে। মশা নুংঙাইত্তেনা হিপ্লন্না ইবেচাওবী তা-চাওবগী মওংদুদা ঈ কায়ে শাউবনা





অদুবু কমদৌবনো হায়বদু তুমীন্না য়েংই। ইবেচাওবীনা হিপ্লিবা মপাদো চপ চানা ওল্লগা কৌরকই,

ইবেচাওবী, ইবেচাওবী, চাক পুথোক্লকউ। ঐ চাক লাম্বনা য়াদ্রবনি। তা-চাওবগী মতৌ উবদা ইবেচাওবী মৈ হৌই। ঙাংনিংবনা মচিনবান্দো পোল্লাউবীদু মঙাই মখোল থোক্লা শাউরদুনা কান্নবা ফংলোই খঙবদগী তপ্না হায়রকই,

- ঙসিদি চেঙ লৈত্রদুনা চাক থোংদে, ঐসু হকচাংসে নুংঙাইমন্দ্রদুনা ঙসাইদগী হিপ্তুনা লৈরম্বনি। ঙরাংগী লৈরম্বা অরেম্বা চেঙ খরদুনা অঙাংশিং চাকখোম অমমম পীজদুনা তোক-এ। মসি হায়রল্লগা ইবেচাওবী নাহেখি ...

অদু ঙসাইনসু হায়দে, নঙসিদি পঙক্লবা নুপীনিহে, ঐগা অদুম্মক তান্নদুনা লৈরদি নঙগী অফবা ওইদৌ নত্তে। ঐনা হায়বদি নঙসু অঙম্বা খরদি হোৎনবা ফৈদনা য়ুমগী নুপাতবু ঙাইদুনা লৈরগদি করম্বা মতমদা নুংঙাইগনি ইমুংসে। মখা তারকই ! ঐ য়াওদ্রবদি নখোয়দি লোইনমক শিগদৌরিনে। চৎলো ঐগী চাক পুখম অমত্তা ওইরবসু শেল্লবা তৌ। ঐ চাক লাম্বনা য়াদ্রবনি।

ইবেচাওবী ঙাংনিংবনা মশাদা তৌফম খঙদে। অদুবু মপুরোইবনি খন্দুনা অদুমক ফাথজে, ‘মাই পাবুংবু ঙায়জবা নৎচদে, ইশাসে নুংঙাইমন্দদুনা তৌবনি। হোরেল ঐ থিরুরগা থোংজরগে পোত্থাবীরো ?

করি, ঙাংবা শকপা য়াম্না হৈবা শারদনা। নঙদি নবুক থন্না চারবনিনা হিপ্না য়ারমগনি হা ? ঐদি চাক চাখোম অমত্তা তাদ্রিবনিনা পোত্থাবা ঙমখিরোই।

ঝাহৈসি তাবদা ইবেচাওবী খাংবা ঙমদ্রদুনা ফন চোংথরক্লগা মখুৎনে-মশানে তৌরগা হায়রকই, নোং হেক ঙানবদগী থোকপ্লগা হৌজিক



চারমদাই অসিদা হনবীরক্লিবনিনে। হৌজিক হৌজিক চানবা ফাওবা লৈত্রদুনা মচি মচিদা নচা ময়াম তাদুনা লৈরিঙৈসিদা নঙদি নথিবোংদো পীক থনবমখে থকচিল্লুরগা হরাওরনি হায়দুনা তৌজবা শারীনে, নচা পোক্কনি হায়বদি খঙইনে করি পীজগনি হায়বদি নঙ খঙদেনে। নঙবু মীরা শারা ? করিগীনো হঞ্জিনবীরক্লিবসিবো, থোকপীত্রো চৎলো থোকপিত্রো।

তা-চাওবা খুমফম খঙদ্রে, তুমীন্না লেপ্তুনা লৈশ্রে। ঙসিতা থুংলবা মী অমগুম তপ্না অমুক হায়রকই, শাউরনোসে ঐ হয়েংদগী থবক ফজনা শুরগদবনে। অ-চাওবা তুরোই ঙামলোই তৌবা হকচাংদুনা পংঙাং ঙাংবনি অদুবু মঙোন্দগী থোক্লকপা ৱাহৈনা ইবেচাওবীগী থম্মোয় তানা থিনবদু ঙাই ঙাংলকপা খুদিং শাওনিংই।

হাইরেং-হাইরং চৎলগা তা-চাওবনা হায়রকই, খাংবতা কল্লুনে, খাংববু কল্লবদি ফমমেল ফংবনি। য়েংউ নচাশিংসে চাউরগা ঐখোয়সু শোয়দনা মকা লাম্না নোক্কনিদনা থাশিতা ওইবা য়াব্রা ? ঐখোয়গীসু থানিন লাকখিগনি। ৱাহৈ খরসিনা পীং লাওখিদুনা অমুক হায়রকই, কনাগী থানিন, মখোয় পাবুংদি থানিন ঙায়দুনা লৈরম্মী ওইরে, ঙাইবীয়ু ঙাইবীয়ু থানিন লাক্লগা মাই পাবুংগী অমম্বা পুন্সিদো ঙালহনবা ঙম্ব্রা য়েংউ, নচানেনা অওইবগী নচাসু নত্তবা, মীগী মচাগুম মীওই চাবসু অমত্তা য়াওদবা শিনম নম্বা খোমগলাই চুবা নচাশিংসিনা চাউরক্লগা কৈদৌদৌরিবা। চাক ফাওবা পীজদবা নচাশিং অসিবু হিংখিগদরা ? থকপীয়ু-থকপীয়ু য়ু থক্ল-থক্লগা নচা চাউবা ঙাইবিয়ু। ইবেচাওবীসু পংঙাং ঙাংই তা-চাওবসু পঙাং ঙাংই। তা-চাওবনা অমুক খুল্লকই, ঐসু মপা অমনিনে, ইচা নুংশিবা মশক খংঙী। নোংমা নিনি লৈনদবগী অদুক পুথোক-পুশিন তৌ হায়বগী ৱানি। লৈকাই অসিনগা লৈকাই অমা ওইবনে, নত্তে মখোয় ঐখোয় অরৈ লৈত তাথোক-তাশিন তৌসি হায়বনি, মখোয়দগী লেম্না লৌগে হায়বসু নত্তেদনা। মখোয়সু ঐঙোন্দা নোংমদি শোয়দনা হংলকখিগনিদনা মতম অদুদা মখোয়সু য়েংউদনা।




ইবেচাওবীনা মখা তারকই, - 'মখোয়নদি নঙোন্দগী করি হংলকতোইবা, নউন ফাওবা খুজিন্না শীকপদা ঈ থোক্লরোইদবা নঙোন্দবু ! করি নুপানো খঙদে নুমিৎ চুপ্পগী ওইরোইদবা ৱারীতা তৌদুনা লৈ। করি কমাইনা তৌরগা লৈত-লায়র তৌরিসে মেনখৎকদগে হায়বদি নোংমতসু হৌদোক্লক্তে, নুমিৎ খুদিং আ অদু তৌবা অদা তৌবা হায়দুনা লৈ।

মখোয় অসিনা ইমুংদুদা লাউনদুনা লৈরিঙে মপাললোমদগী কনানোমা কৌরকপগী খোঞ্জেল তাই। খোঞ্জেলদু হেক তাবদা তা-চাওবা ফমেলদা ফন চেংখৎখি, নুপী ঐ লৈতে হায়য়ু চৎলো চংলকপনা হানবা তারে। অসিবু নুপানিনা, খঙনিদনা নঙ ঙসিদি মীমাংদা চেপহনগে ! হাই নচিন থীরক্নুকো তা-চাওবনা তপ্না লাওরকই। কনানো ? ঐখোয় লৈয়ে হায়রগা পরপ-পরপ ইবেচাওবী মপাললোমদা থোকই।

লাক্লিবদো মতম অমদা তা-চাওবগা য়াম্না লুন্না তিন্নরম্বা অদুগা হৌজিক্না ইম্ফালদা য়ুম হোংপ্লবা বীনোত ওইরম্মী। বীনোত ওইরম্বদুদা ইবেচাওবী হাইফেৎ ঙকচানৈ। বীনোতনা ৱা ঙাংদ্রিঙৈদা ইবেচাওবীনা হান্না হায়রকই 'অঃ মা ইমুংদা লৈ চংলকও লাউ, হায়রগা ইমুংদা কৌশিল্লকই। বীনোত খোংউপ লৌথোক্লে তৌরম্বদগী ইবেচাওবীনা লৌথোকহন্দে। বীনোত্তা চৌক্রি পীদুনা ফমহল্লি। ফম্না ফম্না তা-চাওবা কদাইদা লৈবগে হায়দুনা মকোক লৈ লৈদুনা য়েংই, অদুবু উবা ফংদে। তা-চাওবগী লৈফমদি ইবেচাওবী নত্তনা কনাসু খঙদে। তশেংনা মখোয়গী য়ুমদা লাকপা অয়াম্বা মীতা য়েংলগা ইবেচাওবীনা উনহনবা ঙাক্তনি। পুকচেল তপ্পী ইবেচাওবী ঙসিদি তা-চাওবগী লাংদা থুরুবদগী ওইদবা কয়া ঙাংবা হৈখিবনি। ওইদবা ঙাংবসে মখোয়দদি অনৌবা নৎত্রে নুমিৎ খুদিং চাবা চাক-এঞ্জাংগুমলে। তা-চাওবগী মনাক্তা চংশিল্লগা ইবেচাওবীনা তপ্না হায় 'বিনোত লাকই মাই পাবুং'

'ঐ লৈতে হায়খিবা নৎত্রা হায়রগা ফমুংদগী হৌগৎকদবগী তৌই',



ঐনা থংনবা কাদা ফমহল্লম্মী। মাই পাবুং কৌরুগে চংলকপনি, লেংখৎপীরো করি মরমগী লাকপনো হায়বদো অমুক্তা হংবীউ কৈদৌবগে।

'লৈরমদে থোকপ্রমাল্লে হায়রুচো, মানা লাক্লিবদো নহানবাই মানা আদা চৎত্রিভৈদা ঐখোয়না লৌখিবা লুপা ২৫০ দো থৌবা লাকইবা ওইরমগনিদা, চৎলো লৈরমদ্রে হায়রুচো' তা-চাওবগী অদুগুম্বা ওইদবা ঙাংবদুদা ইবেচাওবী শাউদুনা লাউখৎলকই 'হৌগৎপীরো কৈনো, অসুক থেংলবা ফাওবা তুম্বীরিবদুবু করিগীনো ? মীনা আদগী লাক্লবসি ফাওবা! ইবেচাওবীগী ঝাঙাংদো অনিমক কায়দে অদুবু তা-চাওবদি শাউরপ লৈ। হৌগৎতবা য়াদদুনা হৌগৎপা তাবনি অ-চাওবা। মচিন্দা মুরুম-মুরুম শোল্লি, নুপী নওসিদি পঙঙ্ভীদা, ইকাইখ্রেদা ঐবু !

অসোমদনা কমদৌরিবা বীনোতকী অকোয়বদা তা-চাওবগী মচা ময়ামদুনা তম্পাক্তা ফম্বা য়াও, ঙকশমদা কোনবা য়াও, খুৎতা চিংবা য়াও, ওছোকপা মতৌনি মথক মখা খঙখিদ্রে। কদোমদগী থোক্লকপনো হায়বা খঙদে ফুৎ-ফুৎ ফাওদোক্লকই। "কনা-কনাগী মচানোনে শকসু চপ মান্নে" বিনোত ঙক্লদুনা মখোয় ময়ামদা অমদা অমুক য়েং অমদা অমুক য়েং তৌদুনা লৈ। তাঞ্জা অদুদা তা-চাওবা থোক্লকপা উই। থোংজিন হেক কানথোক্লকপগা 'হকচাং নুংঙাইতে হায়ববু করি ওইনা ঙমদবনো, ঐদি পাউ তাদবনিনা লাকপসু নংখিদরে, কয়াম কুইরবগে ? বিনোতনা হংঙ্গী।

হেরা য়াম্না কন্না ঙমদবা নৎতেদা কোকসে চিকই হায়দুনা হিপ্লম্বনি, কদাই কদাই য়ৌরুরগে?

কদাইদসু চৎলুদ্রি নখোয়দা লাকইবনি, উনখিদবা কুইরে হায়দুনা লাকপনি, নখোয়দি ইমান্নবা লৈরিকা কাউরল্লনি নোংমতা কোয়থোক্লকপগী ঝা লৈতে। অদুগী খল্লুরদি ঐসু লাকনিংদ্রবনি।

হেরা করিগী লাকতনি হায়গে, খুদোং চামনদদুনা তৌবনি, য়েংউ ঐগী অপংবা ঝাখল অসিনা খছ্রুদবদগী ইচানা লম্নী খল্লুবদগী ঙসি ঐনা ফিভম অসিদা য়ৌখিবনি। মখা তাদ্রিভৈদা বিনোতনা হংঙ্গী তা-চাওবগীদা





লৈরিবা অঙাং ময়াসিবু থংনবশিংগীরা ? চাওবসু চপ চপ মান্নে, নুংঙাইরিনিদা। ঐখোয়না আদা হেক লৈখিবদগী অঙাং ময়ামদি লায়রদনা ঐগী ইচা অনিদু ফাওবা নোংমতা মশক উবা ফংদে, অতোপ্পা য়ুমথংনবগী অঙাং চংবদি লায়রদনা শাইজিন-শাইজিন শন্নল চেংনা খানে। খুঙ্গংগী পুন্সিদগী হেন্না নুংঙাইবা লৈতে, অরৈ-লৈত হংদোক হংজিন তৌদুনা চামিন্নবা অদুদি অমুক হন্না ফংলরোই, খল্লুবদা নুংশিরকইদা ঐগী নুংশিরবা খুঙ্গং। বিনোতনা খুঙ্গংগী পুন্সিবু নুংশিবা, নুংঙাইববু পামজরী অদুবু তা-চাওবদি নাথেদুনা চেনখিবা পাপ্লি অরাপ্পা কনা লৈতবা মফম অমদা। তা-চাওবনা হংঙী মরুপ নংদি চাক চারকঅবরা ?

'কদাইদগী চাকনোদা'

অদুদি ঙসিদি ঐখোয়দা হাউবা হাউতবা চাক চখোম অমমমদি চামীন্নখিসি চামীন্নদবসু কুইরে' তা-চাওবা খঙহৌদনা হায়দোকখি। অদুবু থংনবা মীকুপ্তা থম্মোয়দা অৱাবা চৈনা অমা ফাওরকই, হায় ! করিনো ঐনা হায়খ্রিবসিবো ঙসাইতা ইবেচাওবীগা ঐগী খংনরল্লীবনিকো, অসঃ কমদৌনি তৌরিসিদি । হায়দোকপ্রবনিনা তৌগে হায়বগী ৱাখল অমদি খল্লি 'ঙাইহাক্তং ফম্বীয়ু হাউবা হাউতবা করিনোমা চামীন্নখিসি হায়রগা হৌগংলি, ইমুংদা চংখি। বিনোতসু হোয় হায়দুনা অদুমক লৈহৌই ফমদুনা। তা-চাওবগী ৱাহৈদুনা ইবেচাওবীবু শাউনিংবা পোকহল্লি। তৌফম খঙদে তা-চাওবা মকোক হোৎতুনা ইবেচাওবীগী মনাক্তা চংশিনখি। বিনোতকী ৱারী হৌরকই অঙাংশিংদুগা। অঙাংশিংদু উরগা অমুকসু নোক্লিংলি। ইমুংলোমদা তা-চাওবগা ইবেচাওবীগা হাইফেৎ শাউনবগী মওংদা ঙাংন-শক্লবদো তাই।

করিগী অমুক খাম্বীরুরিবনো, অফবা শাবীবদো মতাং চানা চানা শারদি ফগদবা। মী অপংবা লাল ওইনৈ উ অকংবা শীং ওইনৈ হায়দুনি' ইবেচাওবীনা ঙাংবী। বিনোততা চাক চারা অমা ফাওবা পীজনিংদবা নত্তে ইবেচাওবী মতাং অমা চাদবদগীনি। তা-চাওবনা অমুক খুম্মী, 'পংবা নৎতেনে হায়দবা খামদবা য়াদদুনা তৌবনি। পীক্লিঙৈদগী মা-ঐ চাক পুখম

অমত্তদা চাওমীন্নরকপা মরুপনিনে'। তা-চাওবা তৌফম খণ্ডদে মকোক্তা মখুৎ হাপ্পি অমুক খুদাং পায়রগা ফমথে, নীংশা শাংনা হোলি। ওহ্নোকপা মতৌ হায়বদুনি, হায়জরমদ্রগসু ফরনিদা হায়না তা-চাওবা খল্লক্লে। অবাবনি, নোংফাদোক লাকপা মরুপ অমা ফাওবা চাক চারা অমা পীজবা ঙমদ্রবনিকো। চাওবা ঐগী লাইবক থিদকো। ঙাইহাক লৈরগা অমুক হায়রকই, 'ইবেচাওবী করিনো অমত্তদি য়েংউ কৈদৌবগে? মখোয় অনি অবাই-অখুম তৌনরগা শাউনরকই। মখোয়গী বারীদো তরগা বিনোত মশানা মশাবু ইকাইজরে, করিগী ঐনা অয়েংপা পীরুরিবনো ? অসুম্না তৌগনি হায়বসি মাদি খল্লমদে, তা-চাওবসে মতম অমদদি অসুম্না তৌরম্বরনে? নত্তে মসিবু কমদৌনা ফিভম অসি য়ৌখিবনো ? বাখল মফাং মফাং খল্লকই। হেরা করিসু নত্তবা অসিগীদমকপু হায়দুনা বিনোত নাকোয়নবা বাখল অমদা চৎখিদনবা অঙাংশিংদা বারী অমুক হৌই, নখোয়বু চাক চারবরা ? অঙাং অমা অনিনা চারে, খুম্মী খরনা চাগ্রি খুম্মী। খরা পীকপা অঙাং অদুনা হৈশিংনা খুল্লকই 'ঐখোয়গীদি ঙরাংসু চাক থোংদে অদুনা ঐখোয় চাক চাদে, ঙসিদি খজিক্তং থোংলগা চাই, পাবসু মামাসু চাদে। পাবানা ইমাদা চাক খাক্লমদে হায়দুনা ঙসাই মখৈ খৎনরম্লিবনি'। অঙাং ওইরগসু ইমুংগী অবাবা কয়াসে মমি তাদবদি নত্তে। ওহ্নোকপা মতৌনি, ইমুং খরদনা যুমগী অবা-অনাসি চহী ১৪ গী মখাদা লৈরিবা অঙাংশিংদা খঙহন্নদে, মখোয়গী নৌরিবা থোপ অদুদা লৈত-লায়রগী বাখল চুপ্রদি মপুং ফাবা মীশক ওইবা ঙম্লোই হায়দুনা অদুবু তায়োন্নরে খুদিংমক তা-চাওবগী মফমদা অঙাং অমনা বিনোত চাক চারক্লবরা হায়দুনা হংই।

চারক্ত্রি নখোয়দা চাদোইনে, চাহন্নিংদরা ? বিনোত ফাগী ওই করিওই অঙাংশিংদুদা ঙাংবনি। পাবদরা ইমাদরা অমা হায়য়ো। ঐখোয়না খণ্ডদে। চেংসু লৈত্তে। বিনোত বাখল অমা লাকপগুম তৌই, ঐনা মরম ওইরগা মতৈ মনাও খৎনবা তারে, করিনো অমা তৌদবা য়াদ্রে খন্না অঙাং অমা মপা কৌরকউ হায়দুনা থাখি। ঙাইহাক লৈরগা তা-চাওবা থোক্লকই অদুগা বিনোতকী মনাক্তা ফম্বমক্তদা 'নঙনা চাক চামিন্নসি হায়রবনিনা ঐনা অহাওবা এঙ্গাং অমা পুথোকপা তারে, সে অসিনা ঙারা করিনোমা লৈহল্লু





হায়না লুপা ১০০ চৎপী অমা পীরকই। তা-চাওবা শেনদু উবদা লৌশিং খরা তাবগুম তৌই, অদুবু হেক লৌবমকসু হেক ঙমদে, য়ানিদা হায়দুনা য়াশিন্নদে। অদুবু অমুক-অনিরক হায়মনবদগী তাঞ্জা চাই খন্না লৌশিল্লি। মখুত্তা 'শেন' হেক পায়রবদা থোক্কবা ৱাখলসে অমত্তা লৈত ওইরেকো। তা-চাওবা ইবেচাওবীগী মনাক্তা চংদুনা শিন লাংনবা হায়খ্রে।

মতম অমদা শেন পায়রে হায়দনা নাপল পললোল ওইরম্বা অদুগা ঙসিনা লায়রবগী লৈইনা পনখৈ চিংলল্লে। অসুম্না ওইরক্কনি হায়বসে মঙলানগা অমহানি। ইবেচাওবী অশংবওই করিওই তৌবা অপাবা ইন্নফি অমনা মকোক কুপশিল্লগা মখুত্তা খাউ অমা য়াল্লগা থোঙ্গাললোমদা থোকখি। খল্লুবদা নোক্লিংই ওইবগী পুন্সি, নুপাগী পুংলোন মতুংইন্না জগোই শাদবা য়াদে ফজবা ফজদবা হায়বদুনা খুৎথেক্কী মখা পোল্লি। ময়ুমদা নুংঙাইনা হৌরক্লগসু নুপা ময়ুমদা খম থেংনা ৱাখিবা অদুগা পিদৎ পাদৎনা হৌরকখিবা কয়ানা সনাগী ফম্বালদা হিপখিবসু য়াওদবা নত্তে। পুম্নমক লাইবক্কী ৱাফম্নি। তা-চাওবা অমদি বিনোত ফম্মীন্নদুনা পুন্সিগী ৱারী কয়াবু নৌহৌননা হৌদোকনৈ, ঙাইহাক-হাইহাক নোক্লকপসু মতাং মতাং য়াওরকই অদুবু বিনোত খঙলিদরা খঙলোইদরা খঙদে। অদুবু ৱাখল অমদা তা-চাওবনা বিনোতপু চাক চার'মা পীজরগনি খনবদা নুংঙাইবগী ইপাক অমদা তউখিদবসু নত্তে।মতম মতমগী ঈচেলদি লেপ্পা নাইদবনিনা নুমিৎকী মঙালনা য়ুমথক্তা তাবদা মমিনা চুরি ময়াইদা তাগদৌবগী তৌই চাওরাক্লা পুং ১২ মুক তারম্লগনি। ইবেচাওবীনা ইরুজ মায়থদুনা চাখুমদা চংখি। অঙাং মচা মচাশিংদো ঙা থোংদৌরে খঙবদগী মমাগী চাক থোংলিবা ময়াদা ফম্বসু য়াওই খরা অমনা মখোয়গী ঙা থোংগনি হায়বদো লৈকাই মমান্নবশিংদা তমগদবগী চেন্নবসু য়াওই। অঙাং হায়বসিদি উফুলগুম্বনি হুন্নক হুন্নকপা শহুমগী মতুংইন্না কোইপাই পাইবনি। অদুবু তা-চাওবগী মচাসিংসিদি করম্বা শাহুমদা পাইদৌরিগে হায়বা লায়না হেক হায়বা ঙমদে। মচা পোকচবগী নুংঙাইবা হরাওবা হায়বদো করিনো খঙদ্রবসু অৱাবা কয়াদি তা-চাওবা অমসুং ইবেচাওবী ময়েক শেংনা খঙই। ❑❑

# ভোটকী মৈরাং য়াওরুই

যুমদা অমুক্তা চৎকে খল্লকপা মতম কুইরে, ফরক তাদুনা যুমদা হল্লকপা নংদে অদুবু হন্দক্তি নুংশিৎ শিৎপা ঙাইরম্বা ইনাগা চপহেক মান্নে। শোয়দবনি অদুবু মতম খরা ঙনমল্লি হায়রক্কদ্রা খন্দুনা ফোঙদোক্তে। ঝাখলদদি খল্লি তাম্না লৈহৌবা মরুপ মপাং কয়াদো ঐবু শোয়দনা ঙাইদুনা লৈরমগনি হায়না। ফোঙদোকপদি হৌদ্রি মরমদি ঐগা লৈমীন্নরিবা ইমান্নবা হায়বা তারে, শরতনা হান্না হায়প্পবনি অদুবু য়ারক্তে হায়বা পাউদু ঐঙোন্দা তল্লকই। ঝাহৈশিংদুনা অমুক্কসু খোইরাংবা হেনগৎহল্লি। হায়বদি ঙমদে ইফোং ফোংনা। থা ২ ফারক্লবনি যুমদা হন্দ্রিবা, ইমুংগী নুংশিরবা ইচিল ইনাও উনদুনা ঝারী শান্নখিদবা। অদুবু 'মহাজন'শিংদি ঐখোয় নৎত্রগা মখোয় মখোয়গী মনাইশিংবু মনাক্তা লেঙদনা থম্লিংলি, যুমদা হনবা হায়বসিনি মখোয়না খ্বাইদগী পামজদ্রিবসি। মহাজন্না মনাইশিংবু নুংশিবা, মনাক্তা থম্লিংবা হায়বসি শিম্মীশিংনা তৌরিবা থবক থৌওং মাগী ঝাখল অমসুং চাওখৎপগী মখা পোন্না হায়রকপনি। ফেব্রুৱারীগী তাং ১১ নি। লম্বী-লমজাও, লৈরক-খুলক অয়াম্বা নিল্লি মীয়ামগী খোঞ্জেল, অফবা মী নৎত্রগা ফৎতবা মীনি হায়বগী চাংয়েং অমত্তা খন্নদে, পুন্নমক মতাংসিদা অফবা ঙাক, মীয়ামগী য়াইফনবা তৌবা, মশাগী ওইজবা থিদবা ঙাক্তা ওইনা লৌনরকই। লাউরি 'ওজা অসিদা', 'ডাক্তর অসিদা' মীয়ামগী মমল য়ান্নবা ভোটকী হক্তু

শিল্লবীয়ু 'শক্তি' পায়রবা মতমদা মীয়ামগী লৈবাক্কী য়াইফবা পুরক্লবা তাঙ্গাদু শিল্লবীয়ু হায়দুনা মায়কৈ শিল্লি। অঙকপনি। মাগী মাগী য়াই ফনবা খনবদা অতোপ্পগী করিসু খনখিদবা কয়ানা মশাগী পুৱারীবু খন্থদনা শিব নাবা, ইকাইবা কাউথোকলিবসি তসেংনা নোক্লিংবনি। অদুবু মমাঙ চহী কয়াগা য়েংনবদা হন্দক্লা খরদি শাফরব্রা হায়বসিদি পুম্নমক্লা হেন্না খঙনরবনি। মীয়ামগী লাউরিবা খোংলিবা কয়াদো তারগা অমুক্তা য়ুমদা হন্নিংবগী খৌরাংবা হেন্না হেনবগুম তৌই। অদুবু করম্না হৌদোকসিগে হায়বসিনি অরুবা অমা ওইরিবসি। নুমিদাংনি, পুং৭ মুক তারম্লগনি। ঐখোয় অনি থবক লোইরে হায়দুনা য়ুমদা হল্লক্লরে। মতম অদুদা ইতৈমা তম্ফাসনা চাকখুমদা চাক থিগদৌবগী তৌদুনা লৈরম্মী। ইচনদুগা ইনাওদুগা লাইরিক তৌদুনা লৈরম্মী। চাক ঙাইবা ওইনা চাখুমগা থংনবা কাদুদা টিভি ঙাইহাক য়েংই। খঙহৌদে চাক লোয়রে হায়দুনা ইতৈমানা কৌরক্লুনা চাক চামীন্নে। চাক চামীন্নবদু মখোয়দদি ইচম চম্লম্বা য়াই অদুবু ঐগী থম্মোয়দা করিগুম্বা খরা ফুল্লি। ঐখোয় পুন্না লৈমিন্নরিবদু কায়নরগনি হায়বা ঐনা খঙলবনি অদুনা ঐখোয় পুম্নমক হাউবা হাউতবা ঙা মচা অমমতং চামীন্নবা পামজখিবদগী ঙা থোংলগা ঐখোয় চামীন্নবনি। নীংশিংদবা ঙমদে নুমিৎ অদুদা অরাপ্পা মফমদগী মণিপুরগী ঙমখৈ কায়বা য়ারোই হায়বগী খোল্লাউ কয়ানা লম্বী পুম্বা মৈঙালনা থানিন ওইহল্লি। তশেংনা থাজবদা অৱাৎপতনা পীক থল্লি। খোঙচৎ অদো 'সেনাপটি দিক্লারেসন'গী মায়োক্তা য়ানিংদবা ফোঙদোক্লুনা চৎপা খোঙচৎনি। মৈরা পায়বী ইমা কয়াগী খোল্লাউনা ঐগী থম্মোয়দা য়েঙনিংহনবগী ইহুল অমা হল্লকহনবা হায়বসি অঙকপা শক্তম অমনি। নাওচাদা য়েংনবগী ইঙ্গিৎ হৌদোকই অদুবু মা চৎনিংবগী ইথিল ফাওদে হায়বা ঐ খঙভি। ইখা তাবা ওইবনা নমদুনা পুই, য়েংঙি লম্বীগী চৎলিবা মীয়াম্বু। ঐসু য়াওনিংই অদুবু মীগী মখাদা লৈরুবনা ইনীং তমজবা ঙমজদে। চৎলিবা খোঙচৎ অদুনা হৌন্ত্রবা কয়াগী 'মন্ত্রি মন্দোল' কয়াদা ফোংনা শিংনবগী মওংনি। জুন ১৮ না মীয়াম্বু অমুক হন্না হৌদোকহনখি।

য়ুমদা হল্লক্লে মাগা ঐগা। অতে তৌনবা থবক লৈতবনিনা ফমুংদা লোংনা হিপ্লে। খল্লি, হিপ্লা-হিপ্লা ঐবু হয়েং য়ুমদা চৎহল্লোইদ্রনে। ভোটকী নুমিৎ থারগা ঙসিগা হুয়িদা ঙায়রবনি অদুনা লৈকাইগী ঈরাং খরদি য়েংনিংবগী খোইরাংবা অমা তৎতনা হেনগৎলকই। ৱাখল খন্না-খন্না নাউশুম লাইরেম্বী ইমানা লাপ্লহনখি। নোংঙাল্লকপদা অহৌবা লমায়দা ফোটোগা কোন্ননা য়াওরকপা খোঙচৎ অদুনা ঐসু হরাওবা অমা পোকচৈ মরমদি মীৎনা তশেং তশেংবা উহৌরবা শক্তম অমা পাউ তম্বা হায়বসি ৱাখল অমনি। মতম থেঙ্গলকপনা ঐখোয় দুকান হাংবা থেংলনি হায়বা খঙঙি। শো পায়রগা পরপ-পরপ চৎলি। য়ুমদা চৎপগী ৱারী শানবা হৌরে। অদুবু ইচিল অসিনা তাম্মো অদুদা চৎলুগে হায়গদবা অসিনা অমুকসু হেন্না তল্লি। করিসু হায়গদবদি নত্তে অদুবু তামোনা ঐখোয়বু চৎহন্নিংলোই হায়বা খঙবদগীনি। থম্মোয়দা অদুমক খন্ন-খন্ন য়ুমদা চৎলুগে হায়বসিনি। অয়ুক পুং৯ মুক তারকপদা ঐখোয় থবক লোইরে খন্দুনা দুকান্দা হল্লকপদা হাইফেৎতং হৌদোকই, ''তামো ঐ ঙসি য়ুমদা চৎলুখিগে'' ? তামো বঙ শাওই 'করিগীনো নখোয়না য়ুমদা তোয়না চৎনিংলিবা। নখোয়না খরখিত হেনমল্লি। কনা চৎনবগে য়েংউ। য়ুমদা অশি অনা য়াওই হায়বনা মখল অমনি। ভোটসু হুয়ি ৱাৎলি, নোংমা ৱাৎলিঙৈদা চৎলু''। তামো হয়েং ৱাৎলিঙৈদগী বস লোয়না রিজার্ব তৌখিবনা গাড়ীগী ফরক্তা খরা লৈগনি হায়বগী ৱানি, তামোনা নুংঙাইত্রদি য়ুমদা ইচৎ চৎচররোই। মাসু ৱাখল অমদি খল্লি, শেংনা উদে। তুমিন্না লৈ। ঐসু তুমিন লৈ। তাঞ্জা অদু লম্বীগী নিল খোংবরোমদা মায় ওনশিনখি। মীকুপ খরগী মতুংদা তামো ঐ পুং তরাদা চৎলগা হয়েং হল্লকপা য়াদবরা? ঐনা হঞ্জিন হঞ্জিন হায়বদগী হরাও হরাও য়ারকই। নঙদি নোংমতা নশাগী হায়খিবা ৱা ঙাক্তে শোয়দনা কৈদৌঙৈ হল্লক্কনি। ''ভোট নোংঙানবগী নুমিদাং'' শোয়দি শোয়গ-নুকো। হায়নবা লোইরদুনা মাগা অমুক্তা উনবা ফংলগনি কয়াদা ফগদবা ? অদুবু মতম ফংলরোই খন্দুনা অদুমক চৎতবা য়াদবনা চৎলি। ঙরাং নহানগী

ফোটো কেমেরাগী রোল লোইখিদবা কাপথোকসি হায়দুনা ঐখোয় অহুম দলালদা অমা কাপ্পি। মদুনা অরোয়বসু ওইরম্মী। পুং ২ তারে থেঙলে হায়নরগা খোঙশানবা হৌই রিক্সো অমদা ঐখোয় অহুম ...। লম্বীগী অচৎ অওক লক্রবা লেপ্পে। নাগামপালদা ব্রারী অমগী ঙাইহাক লেপ্লি। মখোয় অনি রিক্সোদা, ইথন্তা চংই। পার্কিং হাইদোকখিবদা হৈরোক্কী বস অমত্তা লৈরমদে। ঙাইগে লাকখিনি খল্লুবনা অতোপ্পা গাড়ীসু অমত্তা তোংহৌদে। অদুবু নোক্লিংবা থৌদোক্লি গাড়ী অমত্তা লৈরক্তে পুং ১/২ গী মনুংদা অমমমতা লাকই। ঐখোয়না তোংদুনা চৎখিদবগী অচৌবা মরম অমদি লৈকাইগী ইচে প্রেমাদো মচা অনিদুগা সিট ফংদ্রদি ব্রানি খন্দুনা মাগী সিট থিবনি। বস য়াম্না লৈরগা বস লাক্ত্রিসি ভোটকী ফাজিন্নখিবনি। কেমেরা ১/১গা প্রেসকী পাউমীশিংনা পীক থল্লি। মাগী মাগী ফোটো লৌরগা চৎনখি। হন্দক্তি লাক্লিবা গাড়ী অসিদা শোয়দনা চৎসি য়ৌরকপগা নঙনা সিট অমা কলহৌ, ইচে প্রেমাগীদমক। অদুবু মতম চারে খন্দুনা ককচিং গাড়ী অদুনা মচিৎ মখাক হাপ্তনবা ময়াই লম্বী ফাওগনি হায়। মানা শিংলিবা অদুদগী চাম্মা হেন্না শিংবা কয়ানা ককচিং য়ৌগনি হায়দুনা তৌই। ঐখোয় অহুমদি মথক্তা তোংই, কিবদি কি অদুবু চিললিবা মীয়াম অদুগী ইন্টরেষ্টতা তোংবনি। তোংলিবা মীয়াম অদু, অশিলাইনা মীওইবগী থব্রাই ঙাক শেনবগুম ড্রাইভরগী মখুত্তা লোয়না লৈ। খুৎশি খুৎনাছোক্তা খুদোং থিবা থোক্লবদি হায়বসিনা ব্রাবা হৌরকই। ওহোকপনি মীওইবা ঐখোয়সি। শিবদি অমত্তা পাম্নদেকো। হায়বগুম্নদনা কাঞ্চিপুর খরা হেল্লগা গাড়ী পম্পচর ওইরকই। গাড়ী থৌবা লেপ্পি, খুদক অদুদা হেন্দিমেন ১/২ কুমথরক্তুনা জগ থাংগৎলি টয়ার শিল্লি। তাঙ্গা চানৈ ব্রার্কশোপসু ময়াদা লৈরম্মী। ব্রার্কশোপ অদুনা ড্রাইভরগী মায়থোংদু পুমঙাল ঙালহনবগুম তৌই। টয়ারদু পুসিনখি অনৌবা সিনগদৌরিব্রা নৎত্রেগা শেমগদ্রা হায়বদি খঙদে। ঐখোয়দি লম্বীগী চিদাইদা লেপ্লগা লৈকাইগী নৎত্রেগা খঙনবা মীগা লাকপ্রা হায়দুনা য়েংদুনা লৈ। পুংখাই অমগী চাং ঙাইদুনা লৈ অমত্তা লাক্তে। খঙদৌদে টাটা গাড়ী অমা

লাকই, হায়নবা তৌদে মীয়াম তিল্লিবা মফমদুদগী খরা হাইগৎলগা খাস্মী, তিল্লল্লিবা মীয়াম মরক্তগী অমা হান্না চেনখিদুনা কদাই য়ৌগদবনো হংই, 'বাংজিং' য়ৌগনি খঙবদগী ফৎ কাখৎখি। মতৌদু উবদা ঐসু মখোয় অনীদা ইঙ্কিৎ তৌরগা ফন-ফন চোংখৎনৈ, খঙহৌদে মী ফনা য়াম্না কাখৎনম্রে লম্বী মান্নবা মশেল। টাটা দ্রাইভরদি হরাওরি গাড়ী থৌবগী বা লৈতে মী য়াম্না তোংনবা। লাপ্লপ্না 'মী উশিংতবদি তৌনগুমসি মায়দু পুমকায় কায়না চৎপা পাম্বরা' হায়দুনা লউরকই। মদু বস দ্রাইভরনি। তশেংনা শাউফম থোকই মরমদি লাকপ্লিবা লমশাং অদু ভারা লুপা ৫/৬ দি ওইরম্লগনি। শেন খায়বা হৌবতা ঙায়রিবা তাঙ্গানি; তাঙ্গা অদুদা গাড়ী বেরা তৌরক্লিবদো। ঐখোয়দি মথক্তা তোংবনিনা ভারা খায়বা খঙদে, তশেংনা মঙা-তরাদি লেম্লবা হায়দুনা তৌনবা ঙাক্তনি অদুবু পেসেঞ্জর কয়ানা নাথৈদুনা চৎখিবা হায়বসি শাউফম থোকই। মীয়াম্নদি হায় অশোক অপন য়াওদ্রিবা অসিনা অমুকসু খ্বাইদগী লাইবক ফবনি। য়ুমদি য়ৌরনি খঞ্জবা ঐসে তায়োন্নবা বাখলদা অবাবা মমি অমা তারকই। ও ! ঐখোয়সি মীনুংশি খঙদেদকো, ইশা ইশাতগী য়াইফনবা থিরিঙৈ লাইবক থিরবী-থিরবা কয়াবু নীংশিংবা ঙম্লুদে। কনাবু ঙাইবগীনো ঐখোয়না গাড়ী থেঙলক্লিবা, মচা চেনবী ইচে প্রেমাগী সিট ফংনবা হোৎনবদনি। মাদি বস মনুংদা য়াওহৌরি ঐখোয়দি লাক্লে। করিগুম্বা গাড়ী অসিনা থেঙল ফাওবদা য়াদদুনা লৈবা থোক্লবদি কমদৌবা। মশা মথন্তা ওইরগদি খরা ফগদবা অঙাং অনীসু য়াওরি অদুগীসু মথক্তা মাদি নুপীনি খঙনা চান্নবা অমত্তা য়াওরম্লোই মীয়ামগা। মচা য়াওবদি লায়রদনা নুপা ঐখোয় ফাওবা নুমিৎ তাদ্রিঙৈদা য়ুম য়ৌনবা হোৎনরিবনি। মানা ঐখোয়বু করি হায়না খল্লমগনি, অমুকসু খল্লি হেরা মাগী মনাও ওইরিবা য়ুমথংননা লৈরিবা মনাও নুপা মংলেমদি করিসু খন্দবা মাল্লি, ঐনা করিগী অসুক ব্রাগদৌরিবা? ঙকইদা মীওইবা ঐখোয়সে শক-চু ব্রাখল, ফিজেৎ চাকচা খেন্নবনিনা তৌথোক্লকপা থবকসু অমত্তা মান্নদে।





ঐখোয়গী জরনিদি বসতৌনা মচিং ময়াদি খামদ্রে অদুনা য়ৌবগী চাংদি চান্মদা চান্মগী চাংনি হেঙ্গৎলিবা। বস অমা তোংলকপদদি ইম্ফালদগী হৈরোক ফাওবদা পুং ৩ গী চাং চঙই অদুবু টাটা অসিদদি পুং ফাদে। হৌজিক্তা খঙলকই গাড়ীগী খেন্নবা। বসশিং অসিনা হেনবা পাল্লিদৌদো মীব্রা মৈশা কয়া লাওলিবনি। সিট কেপাসিটি খক শুনা হাপ্লদা পৈশা লেপ্লবনি অদুবু মরক্কী চংফম লম্বী ফাওবা থমদনা মী থন্না হাপ্লগা চংনবদগী খুদোংথিবা কয়া থোক্লিবনি। তাঞ্জা অদুদা ভারা খায়বগী নোকনিংবা থৌদোক অদুনি। মাগী মাগী পায়খিবা শিনফমদদি হৈথোই শীংথোই অদুবু তেয়না তৌদবা থবক্তদি ওইয়োইনবা খরদি মরে। অত্র গড়ীগী নুপা অদুনা ভরা খায়বা চংলকপা মতৌদো নোক্লিংই, মীঙোন্দা শেন লৌনবা পীযু হায়বা ঙমজদে ব্রাংনা পীবা, য়াম্না পীবা মঙোন্দা থিদে, শেন খায়বসু মফম অমদগী ইহেন হেন্দোক্তে অদুবু করিগুম্বা বসকী কুন্দক্টর অমদদি অঙকপা মতৌনি। উচন চানা লৈখ্রবা বসকী ময়াই লম্বীদা ফাওবা অমত্তা চিংখদনা মরক্তা চং চংদুনা ভারা খোম্মী, কনানা লৌখ্রে কনানা লৌদ্রি হায়বা ময়েক শেংনা খঙদ্রি। লোয়না চিনফা পুবদৌনা তৌই, পেসেঞ্জরশিংনা মখোয়সে মনিং মমাং মিৎ পাল্লি হায়নরিবনি। মথং মথং লৌরকপনা ৫ পীবসু য়াওই ১০ পীবসু য়াওই। মচিন্দদি শোল্লি মুরুম-মুরুম ‘ঙসাই ১০/১০ হায়খিবনি থৌবাল ফাওবা’ নখোয়বু ব্রা খঙমন্দে মসিতনি। ব্রাংজিং য়ৌবদা নুমিদাংব্রাইরম পুং ৫ তারে। ঐখোয়না হেক কুম্বগা ওক্তৌরা জিপ্পা অমা তোংসি হায়দুনা পার্কিং চংই অদুবু ইমান্নবা খরসু থেংনদুনা পোত্থা পোত্থা খোঙনা চৎলি। অসুম অসুম নোক্লিংবা ব্রারী ব্রাতাই শাদুনা ঐখোয় পুল্লপ লাকই যুমদা। যুমহেক য়ৌবদা তাইবংদা মঙাল য়েল্লম্বা কোরৌসু ময়ুম পাঙখ্রে। যুম য়ৌরগা কোয়বা চৎসি হায়দুনা হায়নরম্বনি অদুবু ব্রানরবা মাল্লে অমত্তা লাক্লখিদরে। ঐসু অদুমক ব্রারদুনা ফমুংলোমদা কোয়বা চৎলি। খঙহৌদে লোইখি অহিংদো, লেপ্পরি মথংগী অয়ুক। ভোটনি ঙসি, চহী ৫গী মরাইবক লেপকদবা নুমিৎনি। অদুগা অমনা ঙসিদি ‘ভেলেন্টাইন’ নি।



থম্মোয় খুদিং ঈরাং হৌই, অহুক নাইবা ইপোমদা ৱাখলনা জগোই শাই, পুক্লিংনা থাগৎলি। অয়ুক্তি 'কোয়বা চৎপা তাবনি মফম খরা' লেপনৈ ঐখোয় অহুম। তামো অশোককুমারনা গাড়ী মচা পুখোকই ঐনা থাউ হাল্লগা ইলেক্সনগী পোল অয়াম্বা চৎলি, ৱাংজিংদা অহানবা মথং শালুংফমদা। শালুংফম ময়াই লৈকাইনি অয়ুক পুং ১১ তারে, ঐখোয়গী খুলদা লৈরম্বা ইচন অমা থেংনৈ মানা হান্না কৌরকপনি। ঐখোয়বু পীজ পীথক তৌই মহাক্না। কাইনরমদাই মীকুপ্তা চহী কয়াগী মমাংদা খঙনখিবা মরুপ মখক নিংশিংই। মহাক্কী মমীং অনিতা কৌই, চীংতম হায়স্কুল মনিংদগীনি। অদুগুঁ মেত্রিক পরিক্ষা থাবদা খঙনখিবনি। মতম খরা লোয়নখি মা-ঐ। অদুবু মা-ঐগী মরীদি থেংনরগা কৌনবা, কৌনরগা নোক্লবনি। চৎলুসি মখোয়দা হায়বদা মংলেম অমসুং তামো অশোককুমারসু হরাও হরাও য়ারকই। লম্বীদি ফত্তে কংকুক ঙাক্তনি। ঐখোয়না য়ুমদা চৎলুবা মতমদা মহাক য়ুমগী কোল লিক ফেংদুনা লৈরম্মী। মখোয়গী মনম্মা অমনা কৌরুবনি। ঐনা হংঙি, ঐবু মশক খঙলিব্রা ? নোকফেং তৌই মায়থোংদু করিগী খঙদনি লাক-ও কাদা ফম্লুসি। ঐখোয় অহুম কাদা ফম্মী, অনিতানা ঐখোয়গী চানবা করিনো খরা লৈরু হায়দুনা জিবোলাতাদা পৈশা পী, ঐনা পীরুনু হায়দুনা মুপ্লি। য়াদে নমদুনা পী। ঐসু ঐনা ওম্লবা হোৎনবদা জিবোলাতাগা লোয়ননা চৎলি, থোং ৱাংমদা লৈরিবা বজার মচাদুদা। জিবোলতানা অমুক হৌই ৱারী। ঐনা ওমদুনা পৈশাদি ঐনা পী। মাগী দাদা কৌবা ৱাহৈনা নুংশিহল্লি অমুকসু। বিনাসু য়াওরি। ঐখোয়না চংখিবদা মংলেমনা হান্না নুংশিনরম্বা অদুগা হৌজিক্লা পনখৈ অমা চিংত্রবী সুমিলাসু পুনমিন্নসি হায়দুনা কৌই। মতম অদুদা মহাক দুকান ফম্লম্মী, কা চাবরা হংই ঐনা চাদে হায় অদুদৈ ভুমর অমা পীরকই ঐসু হরাওনা লৌই। ঐখোয় অমুক অচা-অথকশিংদো পুক্লকা পুন্না অমুক ফমিন্নরে। অনিতগী মোটে এলবম পুখোক্তুনা য়াওরিবশিংদু য়েংই। অনিতগী সিঙ্গল য়াওব্রা হায়দুনা য়েংবনি অমত্তা য়াওদে। লৌখিনি খন্দুনা লোৎপা মাল্লি। মতম থেংলে পুং ১২





তাদৌরবনি, চাকসু অমত্তা চাদ্রিবনি। অনিতানা ওসাই ঐখোয়না হেক লাকপা মতমদা চাকথোংলুগে হায়বনি ঐখোয় চাক চারকএ হায়দুনা খুন্নবদগী য়াদবনি। নীংশিংলকই বাফম অমা মতাং অসিদা। নোংমা ককচিংদা চংপদা সুনিতানা চাক চাসি হায়রকপদা ঐনা চারে খুন্নুবদগী অদুদি হৈ চাসি হায়দুনা পুথোক্লকপদগী চাদবা য়াদদুনা চাখিবদো। ওসিগা থানা অনিরক শুরবনি চাক্কী মীনম্বা। ঐখোয় চংনবা মখোয়দা হায়রে, মখোয়না থোংখোং ফাওবা থিন্দোক্লকই। গাড়ীগী দ্রাইভর হন্দক্তি মংলেমনা ওই। হেক লৈথোক্লকপা গোলাইদা গাড়ী য়াদে। তামো অশোককুমারদি গাড়ীগী লিচং খওবনিনা মরুমময়া অমদা ইনশিনসি হায়দুনা ইনশিল্লগা নানথোকপা প্লাগতো হাপচিল্লি অমুক থৌই। তোয়না শিজীন্নবা হায়বদুনা লিচং লোইনা খওভি করিগুম্বা মা য়াওরমদ্রবদি ঐখোয় অনী অরাবা অমা ওইরমগনি। অনকপা অম্বাইদা গাড়ী শেম্ফম অমত্তা লৈতে অদুনা শাংলবা লম্বীদু ঈল্লকপা তাবনি। ঐখোয়না থোকচোম য়ৌরকপদা বি এস এফ কাওবু অমা লৈরম্মী মখোয়না ঐখোয়বু গাড়ী থাম্নবা হায় ঐখোয়সু অদুমক থাম্মী। মতাং অসিদা মখোয়না হায়বা ইন্দ্রদি ঐখোয় অদুমক খুদোংথিবা নংদৌরিবনি। য়ারে চংলো হায়না থাদোক্লগা অমুকসু মখোয়গা লাকমীন্নবা কাওবু অদুনা খরা চংলগা চেক তৌই শাউনিংবনা হায়ফম খওদে। মখোয়গীদি তৌগে তৌবা মাল্লি। য়ুমদা চংলুরগা পুং ১.৪৫ তাবা ভোট থাদে অদুগা য়ুমদা হল্লকই। ❑❑

# এৱার্ড পীবা

তা মঙ্গোলজাওনা লোইনশিল্লোন থবায় য়াওজবসি করিদা চাংদম্নরুনি, হায় স্কুল তম্বদগী হৌজিক নুপী অণ্ডাং থিরবসি ফাওবা লোইশিল্লোনদা অদুমক ঙাওরি। ঙাওজবতা নত্তে মরি লৈনবা থবক থৌরম কয়াদা মহাক চিখবা অমত্তা য়াওদে। অদুবু পামজরবসু মীয়াম্নদি মহাকপু কনামতনা ইকায় খুম্নবিদে। মরমদি অদুক কুইরবা মতমসিদা মহাক্কী রিছোর্স তৌজরুবা থিজিল্লুবা কয়া, পাউ চে কয়াদা হাপ্লবসু লাইরিক কয়া ফোঙপ্রবসু মাবু ইকাই খুম্নবা য়াবা মিংথোল নৎত্রেগা এৱার্ড অমত্তা ফংখিদ্রি। মহাক্তি থোইদোক্লা মীংথোল নৎত্রেগা এৱার্দ কা হেন্না পাম্বা মীশক অমদি নত্তে, অদুবু কৈরোই-লৈকাইসিগী মমাংদা মমল য়াওদবা অতনবা মীশক অমা লৌনরকপসিনি মানা খ্বাইদগী খোইদৌ থিংলিবা। অচৌ অচৌবা ফঙ্কসন কয়াদা য়াওজরবসু লৈকাইদুগী অণ্ডাং অপীকপদগী পুংকক চাউবা ফাওবগী লেঙ্গাশিংগী মেগাজিনগী কম্পিটিসনগী শৈরেং ইবীয়ু, ৱারী মচা ইবিয়ু খক হায়বা নত্তনা অতোপ্পা অমত্তা হায়দে। মসিদনি মানা লৈকাইগী থবক অমত্তা তৌনিংলক্লিবা। তৌদ্রবসু ফত্তে হায়নদোইনি মীয়াম্মা।

ইমুংগী মতু মচাশিং ফাওবা অফবা ৱাহৈ নোংমতা শিজিন্নবিদ্রে "লোইনশিল্লোননি, নাৎনি হায়দুনা নোং হেক

ঙানবদগী নুমিৎ তাবা ফাওবা থোকপীগ্নগা নুমিৎ তারবা কান্দা হনজিনবিরকইবা। লোইশিল্লোননা ঐখোয়বু চাবা থাকপীদৌরিবরা? য়েংউনে অদুক কুইরবা মতমসিবু লোইনশিল্লোন চৎলিবনি, ইরিবনি তৌ শারিদুবু লুপা অমত্তা ফংবরা ? শেন পুশিল্লকপদি লায়রদনা লাইরিক ফোঙখিবা ময়ামদুবু লোইনা শিংখিবরা ? লৈববু অমতা উদেনে, নখোয় মশেননি হায়দুনা খুদোল তৌখিবসিনা অমুক্তোইবা। শিংপদি লায়রদনা মীঙোন্দগী পুখিবা শেনশিং অদু ফাওবা শিংবা লোইদ্রিবা নত্রা ? নঙবু ঙাওরব্রা নচা পোকনিদি খঙই, নচাশিংগী ইমুংগীদমক্তা কান্নবা থবক থরদি নোমবিরো কৈদৌগে। নোংমা নোংমগী অহলদি ওইরক্লি। ইচাশিংসে হয়েং কাংখা থাং হায়বদো ওইহৌনি, মীনা উশিংখিরোই। মীগী নুপানা লোইনশিল্লোন তৌবদি 'তলব' চাবা থবক তৌইনে, নঙগুম্বা শুবা নোম্বা তনবা অমনদি করিগী লোইনশিল্লোন পান্নুরিবা। ঐবুসু ফত্তবী তাহনবীগনু"

তা মঙ্গোলজাও কনাদসু শাউদে, কনাবুসু বারৌজদে। হৌজিক মহাক লোইনশিল্লোনদগী লাপথোকপা পাল্লে অদুবু মহাক্কী অপাম্বা অমত্তংদি লৈরি। মদু করিসু নত্তে মহাক্লা হোৎনজরকপশিংবু মশক খঙবিবমক নত্রগসু করিগুম্বা হিরম অমগী ওইনা মাগী থবকপু ইকাই খুম্নবা মিংথোল অমত্তং ফংজরবদি শিরবসু য়ারে খনজবা ঝাখলনি। অদুবু লাইবক থিবা হায়গদ্রা মাগী শরুক্তি তম্বীরমদ্রি ঙসি ফাওবা।

অয়ুক অমনি। তা-মাঙ্গোলজাও মখুত্তা পাউচে খরা পায়দুনা করিগুম্বা খরা উরুবদগী মকা লাম্বা মায়থোংগা লোয়ননা কোয়্হোং লানশিল্লকই। পুন্সিদা অনৌবা মঙাল অমা লাকপদু মঙাই। তা-মাঙ্গোলজাও মীকপ [illegible] তৌই। [illegible]। করিগীনে হায়বা খঙদ্রগসু মানা্া পারিবা পাউচে অদুদা ঝাফম অমথক য়াওরম্বদুগী ওইগদবা মাল্লি। "লোইশিল্লোনগী, খুন্নাই থৌগলগী

নাৎকী ষ্টেটকী, ফুরুপকি অমদি মালেমগী থাক্তা এব্রার্ড পান্বসিংদগী 'দরখাষ্ট' কৌরি। অকুপ্পা মরোল .... মসিদা শোয়দনা ওইরমগনি খল্লি। তাঙ্গা অসিমদি অরেম্বদা মাঙহননিংদে হায়বগী মতাগুম চেন-চোংবা হৌরক্নে। "এব্রার্ড পীবা মিংথোল পীবা হায়বসিবু 'দরখাষ্ট' থারগা পীনবা মনারনে? মসিবু মীদুগী মতিক-মঙান, মাগী তৌরিবা থবক অদুগী মপুং ফাবগী পীবা নত্রনে? অদুগা লমদম অসিগী চৎনরিবা পীরিবা মিংথোল মনা অসিবু তশেংনমক ইকাই খুম্নবা য়ারবা মনা হায়দুরা ?"

তা মাঙ্গোলজাও খল্লু খল্লুরগা অদুমক লৌশিং তারক্তে। ঐ হৌজিকপু এব্রার্ড ফংনবগী 'দরখাষ্ট' থাদুনা চেন চোংবা তাব্রা ? চোংলগদি শোয়দনা ফংগদ্রা ? চষী মতাং অসিদা ঐবু চোপ্পা তারিবরা ? কান্নদে কান্নদে মতমসিগী চৎনবী হায়বসিবু য়াওদ্রবদি অদুমক অঙাওবা তাগনি, তা-মাঙ্গোলজাও মশামক খঙজে।

অরুম্বা বাখল কয়ানা নছুরদুনা চৎলি লূন্নবা খোঙ অদু এব্রার্ড ফংনরা লম্বী থিদুনা। মসিদি মঙলাননি অচিকপা অহিংদা কনামসু উবা ফংলরোইদবা মথন্তা মঙজবা, মীনা খঙপ্ত্রগনা মদু তাইবঙ। তাইশিন্নবা য়াররোইদবা তোর্ব্বান অনিগীদমক তা-মাঙ্গোলজাওনা অব্রাবা কয়া মায়োক্লজরিবা করিগীনো ? মসিবু পুন্সি হায়বদুরা ? ওইরগনা করম্বা মখলগী পুন্সি। মসি হৌজিক হৌজিক চৎনরিবা পুন্সিরা ? মশাগী চপ চাবা চে চাং, বাইও-দাটা কয়াদু পুরদুনা 'দরখাষ্ট' থাবা চৎলি। মীওই কয়াসু মফম অদুদা লৈরম্মী। মখুত্তা চে চাং কয়া পায়রগা তা-মাঙ্গোলজাও চংবা ইকাইরপ তৌই, খোঙ থাংবা থোক্তে খোঙথাং তপথরকই —

"ময়াম্বসিবু এব্রার্ড লৌনবা লাক্লরিব্রা ? মখোয়সু ঐগুম অমত্তা ফংদ্রিবা ঙাক্তরা ? মখোয়সি আমেরিকাদা পোক্লম্লবদি এব্রার্ডতা নত্তনা হিংবা য়ানবা লম্বী ফাওবা 'সরকার'না পীরমগনিকো"





মীয়ামা পীনরিবা মফমদুদা মাসু লাইরিক ৩/৪ চে চাং খরগা পীশিল্লি। শকখঙদবা অমদুনা হায়রকই। তাদগীসিবু কনাগা হায়নম্নবগে ? ব্রাখল মমনা, ঐদি 'খবর'দগী তাজবনি। অদু ওইরবদি মনুংদা চংবীয়ু। তা-মাঙ্গোলজাও হরাও-হরাও কা মনুংদা চংখি অদুগা থংনবা মীকুপ খরগী মতুংদা হুমাং অন্নপী কারগা থোক্লকই। করিবু হায়রক্লিবনো খঙদে। য়ুমলোমদা তপ্না-তপ্না খোঙ থাংলকই। ফমুংদা চঙশিন্দুনা মথা শানা তুমথখিবা খঙহৌদে।

লৈকাইগী মীৎয়েং, ইমুং মনুংদা মঙোন্দা খল্লিবা ব্রাখল, মানা নিংজরিবা অমত্তা কান্নবা ফংদে। লৈত-লায়রগী ব্রাখল নত্তে মঙোন্দা নুংনাংলিবা। লোইনশিল্লোনদা মীমান্নবা ঙমদবসিদি মহাক্না পামদে। করিদি তৌরুনি তায়োন্নবা তাইবংসিদা "হাজুর" কমদৌনি ঐখোয়সি ইমুং-মনুংদা, কৈরোল-লৈকাইদা 'শান্তি' ওইনা হিংবা ঙমদ্রে, লৈকাই ফাওবা য়াওরবনি। মরম অদুনা হন্দক্তি ঐঙোন্দসু মনা অমা পীবিদবা য়াদবনি। তাদা হন্দক্তি ঐঙোন্দসু ব্রারৌবিরনু অতোপ্পা খরসু লৈরি, মখোয়সি লোইশ্রিফাও অনৌবা মীওইদা পীবসি ইঙম হেক ঙমগদৌবা মান্দে। তাদনা ঐখোয়গী অব্রা অনাসি ফজনা য়াওবিরম্লবদি নহান্না ফংবা য়ারনি। অদুবু হৌজিকসু মতম য়াম্না লৈরি। তা-মাঙ্গোলজাও তারম্বদগী খঙশাউ শাউনা হায়রকই অদু ওইরদি করিগী পাউ চেদা হাপ্পুনা মীয়াম খঙহনবিরিবা ? ফরে অদুদি মখোয়দা অদুমক হঞ্জিন হঞ্জিন পীয়ু ঐখোয়দি পীদ্রবসু য়াবনি।

নোংমা নিনি লৈরগা 'শ্রী সিংহ'দা লোইনশিল্লোন (সাহিত্যা)গী মনা পীরে তাবদা তা মাঙ্গোলজাও ঙমখৈ লৈত-নিংবা কায়খি। নিংঙমদনা তিল্লিবা মীয়ামদুদা ওনশিল্লগা লাউরকই। ফরে হৌজিক হিংলিঙৈ মতমসিদনা থম্মোয় থৌগৎপা ওইনা লাইরিক মশক য়েংবীদনা হেক্তা এব্রার্ড। ঐখোয়দনা পীবদি হয়েং শিরগা। পীবিরকঅনু ঐ এব্রার্ড অমত্তা পামদে। লমদম অসিদা হিংলিবা অইবা মশেল, লোইনশিল্লোই মশেল ফাওবা



করপসন তৌনদুনা মী মীগী মরক্তা থেন্নবা থম্বা নখোয়গী মরক্তা তসেংনা ঐ এবার্ড পামদ্রে। পীরনু ঐঙোন্দা পুন্সিগী এবার্ড।

তা মাঙ্গোলজাওনা তূম্না তূম্না লাউরিবা চোইরোল ময়ামদো তাবদা নোলিনিনা হৌদোকই, মাই পাবুং কৈদৌরগে তূম্বা ফাওবা এবার্ডতা ঙাওদুনা লৈরে। কনাদনো নঙনা চৈরিদো। অমুক্তা হৌগৎপীয়ু।

তা-মাঙ্গোলজাও মিকপ থোরকপদা মথন্তা নোকই। করিনো ঐনা তৌরিসিবো ? তাইবংদগী হেন্দোক্কুনা তূম্বা ফাওবা মীনা ঐবু উংশিত্রে য়েংঙুনে। মথন্তা নোক্কুনা ফমুংদুদা ফমলি। ❑❑





# নাইতোম তারবা পুন্সি

"ঐগীদি খল্ড্রে, মরমদি ঐগী পুন্সিদি লৈশাৎ তন্নরোইদবা লৈমন চল্লবা, অদুবু লৈশাৎ তমগদবা অমদি লৈখোং শোল্বীরমগে। মহে য়ানবা ঙমদ্রবসু মউদি তমথিরবা লায়না কয়াগী তিনশিংদগী কনবীরমগে। ঐগী তেল্লবা তাইবংগী অরোইবা মিকুপ ফাওবদং ওইরবসু পীক্লিবা মচিনবান্দগী মোমোন নোকহনবা হায়বসি অমম অঙান শিন্নরিবা মপুদা নুংতি নুমিৎ খুদিংগী খুরুমজরিবনি। কিবিদে খুন্নাইনা মীনোক তাজরোই থৌরেম শুবা লাইব্রা শোনবা মখোয়গী মৱা, পুম্নমক তাইবংগী কুন্দোনি, শান্নরিবনি অহেন-অথোয় তান্নদুনা অমগা-অমগা। ঐনা-হেন্না হরাওজরিবদি তোল্লবা ঐগীসু কুন্দোগী ফম্বাকথক্তা শান্নবগী শরুক অমা থম্বীরম্বসিনি" পিরাংগা লোয়ননা তৎতনা ঙাঙবা গীতাগী ৱাহে খরনি।

ঙসিগী খুন্নাইদা লুপ্রাবী অমগী হিংলিবা পুন্সি মরেল পুম্নমক্রা হেন্না খঙনরবা ৱাফম্নি। ওই অসুং য়েৎ অনিগী লমদাংদা খুবাক নাম্মতা খুবনদি মখোল থোকপা হৌনদে। ফনা লায়রবসু ওইসনু, ফনা ইনাক কৈরাক খুঞ্জরবসু, ফনা ওক্রুবসু-ওক্রুবসু মপুরোইবা অমগী থৌগল তৌরিবী নুপী অমগী মমলদি অদুক্কি মতিক ৱাংঙি মদুদি কনাগুম্বা নুপা অমত্তনা মীৎয়েং কারন চনবা ঙম্নদে, ইকাই খুম্নে। মহাক্কি মতম অদুদি লৈমরেল অমগা পাঙখল্লি।

ফনা খৌনা ফবীসু ওইসনু, ফনা লিংজেল খাবীসু ওইজসনু মপুরোইববু লৈত্রবদি মাগী পুন্সিদো নোং মংবা অহিংগুম্বনি। হায়নবা লৈ, 'পাক্লবা লম্বী সরকসে লুখ্রাবী অমগী খোঙদাফম মচেৎ অমত্তা লৈতে, অহল-লমনগী ফজখ্রবা পাউরৌনি। কয়াদা চূনখ্রবা ! ফনা পাঙ্গল লৈরবসু মহাক্কী পুন্সিদি নুংঙাইবা ফংজদে। ফনা লৈরবসু লৈহাও য়াওদ্রবা লৈকংলাগী লমদমদা হৌরুবা মালিকা, কুন্দো কৌবি ইচেমখোয় শোয়দনা মপুগী খৌজাল ফংলরোই, চীংদা শাৎপি ইঙেনলৈ অশেবশিংনা শোঞ্জবা নত্তনা করিনো মহাক্কী কান্নফম লৈরাং লৈচল খঙদ্রবদি তাইবংদা য়ুম্বানবগী লম্বীদা নৌনা খোঙদারকপা হায়বসি অরায়বা নত্তে। অহল লমনশিংনা হায়নরিবনি 'তুরেলগী লৈঙোইদগীসু য়ুম্বানবগী লম্বীনা হেন্না কুপ্পি' হায়না। মসিনদি য়ুম পানবসি অদুক্কী মতিক লুখ্রে। শেন য়াম্না পায়দুনসু, শক য়াম্না ফজরবসু য়ুম্বান লম্বীদা ফজনা চখবা ঙমদে। অদুনা ওই অমসুং য়েৎ অনিগী খল মান্নরবা মতমদা চাওখৎপা অমদি তুংগী মীরোল চাওখৎপা হায়বদু ঙমগনি।

য়ুম্বাললোলগী ব্রাহ্ছোক কুপ্পি হায়বা খঙনরিবনি। লুখ্রবা লম্বীসিদা নৌনা মপুরোইবনা হুন্দোকপীরল্লবা গীতাগী পুন্সিনা লেল্লমগদবা ফিভম করি ওইরমগনি ? মহাক্তা নত্তে মাগুম্বী-লুখ্রবী লিশিং-লিশিংগী পুন্সিদি পিরাংতনা লাঙ্গোয় চল্লিবনি। গীতাগী নৌজরিবা পুন্সিনা মচাগী নুংঙাইবা কুম্মে কয়াদো মপুরোইবগা লোয়ননা য়েংমীন্নবা মপুং ফানা ফংখিদরে। ফংনিংনা তানজরিবা লনবু ফংজরগা পুন্সি লমদাং তেনখিবা হায়বসে কয়াদা লাইবক থিগ্রবনো ? হে তাইবং মপু ! নঙগী তাইবংসে অৱাবতনা পিক থল্লি, মসিবু করিগীনো ?

পীক্লিবা মচা সুনিলনা মপুং ফাদ্রিঙৈদগী মপা মশক খঙদনা লৈহৌরে। মমা-মপা অনিনা নুমিৎ খুদিং য়েংদুনা থম্বা ফাওবদা মচাগী মনিং থুংহনবা ঙমদবনি অদুবু ঙম্নমক মথক্তা নছুবীরি ঙসিদি। মনেম মকুনা অফবা ওইরবদি ইমৌনুপীসিনা নৌনা লুখ্রা ওইহৌরে, পুন্সিগী ওইজবা কয়া মাঙহন্দুনা





ইচাগীনি হায়দুনা লাকপ্লবনিকো, হৌখিবনা হৌশ্রে হৌজিক্তি ইচাগুম্না য়োকপীগে, ইশুবু মপি অদনবা হোংনগেকো হায়বসি মনেম মকু কয়াগীদি হৌনশানি অদুবু গীতাগীদি কদায় ?

মমৌবু মতৌ করম্না য়ুমসিদগী তাহোক্কদগে হায়বসিনা মনেম-মকুগী লাইশোলনি। তৌবগীদি গীতানা য়ুমসিদা মৌ ওইনা অহানবা লাকখিবা অদুদা হান্না পামখিদ্রবনি - "লায়রবী চুদংনবী নগুবু ইমৌ ওইবদি লায়রদনা মীনাই ফাওবা ওইনিংদে, নগুবু ইমৌ ওইদৌ শরুক মপোকসিমগী ইমৌ ফংজরোই"। অদুবু নুংশিবগী থৌরিনা পুনখিবনা ইকায়বগী থৌরবা ময়োংতা চাংয়েংখিবনি। গীতা নিঙল্লক্তে হৌখ্রবা পুন্সিগী থৌদোক কয়াদো নৌহৌননা নিংশিংলকই। করিবু তৌরুনি কনাদা মখোয় অনিগী তাইবংদা অসুম্না থোকউ তল্লম্বনা।

মনা পুংলবা উপাল ফাওবদা মতমগী নোংলৈদা খাঙবা ঙমদে মদু ওইরবা ফাওবদা কল্লক চাওবা মীনোকপুদি হরাওনা খাঙজে গীতা, থম্মোয়দদি লেপ্তনা শুজে খুৎতুম্না। করিগুম্বা থম্মোয়না মরোল থোক্লল্লবদি হংলক্কনি শোয়দনা "ঐগী ইরাল করিনো" ?

ওহোকপনি মীওইবগী লাইবক, অৱাবা খাঙলিবী কনাদা মৈচাক হাপ্পি, নুংঙাইবগী পুন্সিদনা হেন্না হাপ্পি নুংঙাইবা। মসিবু করম্বা মহাক্কী খুৎশেমনো ? কপ্পবসু কপমল্লি হায়, নোক্লবসু পুন্সি মান্দে হায় অদুবু করম্বা ৱাখলগী মরুমদা য়াতারিবনো ? গীতা কনাসু খঙদে। শিনফম মশিং য়াম্লে, ৱাখল লৌশিং ফনা লৈরে অদুবু শিনফম অমতং তঙ তাদে মরমদি ফৈ য়াওদবা চফুনি। অকুৎপদা লৈতৌবা, অতোংবদা লৈথোনবা হৌনশানি মীওইবা খুন্নাই, তাইবংগী খুৎশেম্লি। মীনোক্লা মশাপুম্বা য়োল্লবসু পিরাংনা হকচাং পুম্বা চোৎলবসু খাঙজে মচাগী চহী কাংদোং মপুং ফাদ্রিবনিনা। উৎচৈ মায়থোংদা য়োংহৈবোং চাবগুম, উৎখিদে মচাগী মফমদা নোংমতা থাশিগী শক্লোন, শাংলবা মাংলমচৎপু তুংওইননা থল্লল্লগা।

তেনপ্পবা তুংলমচৎপু পুন্সিগী কুম্মোনি খন্দুনা খুন্নাইগী মরুম থুপচিন্দুনা হিংজরি গীতা। মাগী উকন হায়ববু সুনিলনা খজিক-খজিক কনজরকপা অসিনি। শুদবদি য়াই মতম কয়া চাদবদি য়াদে। নোংমতা হায়বদু মঙোন্দদি তায়োন্নবনি। চাদবদি য়াই শুদবদি য়াদে হায়বা ফিদমনা থম্মোয়দা চেৎনা লাৎচৈ। ফনেক খোংদাই শেৎলগা থবক শুবদা অয়ুক নুংথিল নাইদে মঙোন্দা। মাগী ব্রাখল অঙকপনি, মচাগীনি। মীকুপ অমা মথুন লৈবাক তাজদে। লমতু চৎতুনা লল্লোন ইতিক তৌবসু খুদোং চাদে, মীগীদা 'হাজিরা' শুরুবসু লুপ্পাবীনি হায়দুনা খুৎশুমন হেক হেক মৎপি, অহোয়নদুম লোন্না ফিরোন্নুংদা লোৎচবা কনা উহন্দনা থমজবা পোৎশকপু মমল য়াওদনা হেক্তা করেমনৈ, হেকপি তমথিরবা মখুৎনা লমহাংদা শাংগা লৈরাংগুম। মসিবু মীওইবা অমনা মীওইবা অমদা চৎফম থোকপা লিচৎতুরা ? মদু ওইরবদি করিগী খুন্নাই কৌরিবনো ? খুন্নাই হায়বসিবু অচৌ-অশাংখক্তগী খুন্দাফন্না ? লায়রবা, তোল্ল-তারবশিংগীদি কদাই ?

নোংম-নোংমগী হৌজিনখিবনা খঙহৌদে সুনিল ক্লাস নাইন তন্লে। মনিং থুংবা ফংজপ্পবসু মীথোয় মীহেনবা হায়বদুদি তোল্লবশিংদতা পী, মসিনা করম্বা নহাক্কী চাংয়েংনো ? নৌজরিবা পুন্সি কয়াবু খাঙুথক্কী লৈরাং ওইনা লৌননবা নঙগী খুৎশেল্লা ? অঙাং ওইরিঙৈদগী ক্লাসতা রোল নম্বর ব্রানতা ওইরকপা অঙাংনি। মহাক্কী মায়থোংদি ওজাশিংগী য়েংফম্নি। অদুবু তৌজবা হায়বদুনি মখৌ তারবা পোৎলুমদি ননথৈ লুপ্পাবীগী কোকথক্তা। কয়াম্বু কুইনা পুবা ঙমগনি পোৎলুমশিং মখা তমথবা ঙমগদবা মাঙ্গ্রে মরমদি মাগী মখাগী মনাও অনিগী। লৈজপ্পবসু মচা খুদিংবু মমীৎতা লাইরিক খরা-খরা উহনবা হায়বসিনি গীতাগী ব্রাখল, নুমিৎ খুদিংগী লাইনিং। নুমিৎ খুদিং চাং নাইনা মপুবু খুরুমজবদি করিগীসু ওইরমদ্রে। নোংমতা মবুক থন্না চাবা ফংজপ্পবা মচাশিংবু মমীৎতা লাইরিক ময়েক খরা উবা ঙমজনবনি। লায়রবী মহাক মথন্তনা মচাশিংবু লাইরিক খরা উহন্নিংবগী ব্রাখলনা করি ওইরমগনি ?





সুনিলসু মনাও অনিগী খনবা হৌরক্লে, স্কুল মখা চখ্খিদ্রে। ওজাশিংনা পার্সেনটেজ শুদ্রদি 'পরিক্ষা' থাবা য়ারোই খরা চাং নাইনা কারকউ হায়রক্লে। মচাগী মতৌদা মমা য়েংবা ঙমজদে অদুবু পিরাংতনি মাগী অবাবা খঙবীবা। পুন্সিনা পুন্সিগী মমায় চুপ্লিঙৈ মীচঙ পাঙ্গল বাংত্রিঙৈ কিরমদে কনাবুসু বাংলমদে তুংদা লেপ্পীনবা। চিরবা তাঞ্জাদদি কনা উদে হন্না য়েংলুবদা নাইতোম তাবা নত্তনা। হিংনবগী লানফমদা চিলহাও থিবা য়াদবনা মখল শুনা তিল্লবা 'সহরগী' চিদায়দা 'পান দুকান' ফমগ্রে গীতা। পুন্সিসে খল্লুবদা নোক্লিংই হায়বা জিসি তোংবাগী বাহৈদু নিংশিংলকই। উগী উখা থাবতনি পৎপা মীগী মখা থাবদি পৎতে হায়রবসু মীওইবগী মীনোক মৈশাতনা কুপ্পবা হকচাংনা করম্না লৈতাফম খঙগনি ?

পুন্সিগী মমলবু লুকমাইদা হাপকে হায়দুনা ফমখিবা 'পান দুকান' নত্তে, ইরাংগী ইপোম হৌহন্নবা নুমীৎলৈগুম মায়োন থিবগী ফমখিবসু নত্তে, শেন কা হেন্না পামদুনা লল্লোন ইতিক তৌবসু নত্তে, মচাশিংগী থনবা ঙমদ্রিবা চাকখাওদো থন্নবা হায়দুনা ফমজখিবনি শিবা-নাবা কিন্না। মচানুপাশিংদুনা চাউজে হায়বগী গীতানা পুক্লিংদা হরাওরবসু অতোপ্পা হেন্না বাবগী মমি অমা মায়থোংদা তৎতনা তাই। মচাপিশক অনিদুনা মপা কদায় হংলক্কনি হায়বসিনি মানা পাখৎচরিবা।

নোংমা বাখল কয়ানা অবাবা ওইরিবী মমাদা হায়রকই ''ইমা নচাশিংবু য়োকপী থাকপীবসে পেনবীদ্রবরা? নোংমতা পিরাং কংদে, হরাওনা চাক চাখোম অমত্তসু চাদে হকচাংদি নোংমা নোংমগী শোকচিল্লকই, করিবু খনবীরিবনো ? সুনিলগী বাহৈনি।

মচানা অসুম্না হায়রক্কনি হায়বা গীতা শুকথা থাজদে, মঙগুম্না খল্লি। খঙহৌদে মমীৎতা মপি শিঙ্খিবা অদুদগী মখা তারকই, ''ইমাগী ইবুংঙো অদুগুম্বা বাহৈদো ইচাদা কনানা হায়য়ু হায়, অদুগুম্বা বাহৈদো তানবা নখোয়বু য়োক্লিবরা ? হায়য়ু কনানা হায়রকই, ইচাশিংবু য়োক্সনা কনাবু য়োক্কদগে।''

সুনিল ব্রা ঙাংদে চপ লেপ্লি, খুমফম খঙদে। মচানা হংলক্লিবা ব্রাশিংদো সুনিলগী পুক্লিংগী থম্মোয়দগী হৌরকপা নত্তে হায়বা গীতা খঙঙী, অদুবু অপঙবা মচানি খন্দুনা মহাক ব্রারৌদে। গীতাগী মায়থোংদা অব্রাবা মমি অমা তারিবসে করম্বা মতমদা থানিল হায়বদো লাক্কদগে খনবদনি। মখা অমুক তারকই, 'ইমানা হিংলিবসে ইচাশিংগীনি, মতুংদা অদুগুম্বা ব্রাদো ইমাদা অমুক ঙাংগে খনগনু। চৎলো । ননাওশিংদো লাইরিক-লাইশু খরা তাকপীয়ু, ইমা চাক-ঈশিং লোইশিন্নবা তৌরগে।

সুনিল ব্রা অমত্তা ঙাংলমদনা তুমিন্না ইমুংদা চংখি। মীনা মচাশিংদা কনা-করি হায়জিল্লি হায়বা গীতা খঙঙী। মীগী ইমুং-মনুং য়ুমকায়নবা, মমা-মচা, মচিন-মনাও খৎন-চৈনবা, নুংশিনদনবা হোৎনবা পাম্বা কয়াসু লৈতবা নত্তে ঙসিগী খুন্নাইসিদা। মসিনা থবক ওইনবা কয়ানি। পুন্সিগী লম্বেল কয়াদা হৌজ-হৌজা মায়থিবা নংগ্রবা গীতানি, মীওন্দা লাঞ্জদবগী ঙসি ফাওবা তিংখং মরক্তা হিংজরিবীনি। ওইদ-পাদগী মিংচৎ থিবা তাবা লেপ্তে, পুম্নমক মীনম্বনি হায়বদি মা খঙজে। গীতাগী য়ুমলোন-কৈরোন্নবা কয়ানা গীতাগী ইমুংবু অদুক তমথিনা য়েংবীরিবা করিগীনো ? পুম্নমকসে গীতাগী মনেম-মকুগী খুৎশিন ঙাক্তনি। গীতা খাঙবা ব্রারকই তত্তনা অহিংগী মতমনা থেঙবা হেল্ল-হেল্লগা, ঐবু ইচাশিংগা লোয়ননা ইপামদা পুদুনা চৎগ্রসিরনে নত্রগা হৌগংলক্লিবা মখোয়দি মউ ফাজখিনবা ইথম্না পুন্সিসে মাঙহল্লরসিরা ? নত্তে পুম্নমক ইচা ব্রাখল মপুং ফাদ্রিবা সুনিলগী মথক্তা অহৌগনিকো খল্লুবদা থবাক্তা খুতুম্না শুজে পীরাং ইচেল হাপ্পকই। নোংদম্বনা তান্দুনা ফংদ্রবা মপোক্তা তোল্লবী ঐহাক্কা অমুক পাপ লংজবা পামদে অদুমক্কা তাইবং শিঙ্গা পাঙজবনি ঙসি ফাওবা গীতা।

মী মখল য়াম্মী, শামরক-ঙামরক ! মীওইবগী ব্রাখলদা শাগী ব্রাখল চেনখ্রবদি য়াম্নমক লাক্কবা ব্রাই। শাদি তেথ-নৌথহনবসু য়াই অদুগীসু মথক্তা ফিভমগী মতুংইন্না লাক্কুনা শিজিন্নরিবনি অদুবু মীওইবদা ওইগ্রবদি অব্রাবনি।





নুপা ওইবগী মফমদা নুপী ওইবী কয়ানা শাথিবী লিংজেল থাবি ওইদুনসু নুপানা শা ওনখ্রবদা নুপী ওইবদি অদুমক লৈখা তারবনি, মমল মাঙলবনি। লমহুইগী লিচং চংপা কয়ানা গীতাগী শেংলবা লাইবক্কী চন্দনবু তংতনা মুখংনবা হোৎনবী। অদুবু লৈমা অমগী মফমদদি ফনা মীৱা তারবসু, ফনা হিগাইৱা থাংলবসু অদুমক খোঙফম হোংদে।

লৈকাইনা গীতাবু নুংশিদবা কয়ানদি সুনিল মচিল-মনাওদা হিগায়-ৱা কামশিল্লি, 'নপাবুং হেক লৈখিদবদগী অকে-অমৌনা তৌবনে, ঈরাং-পুরাংনা কনবনে মচাগী ৱাখল কাউবা হৌরবনি। নমাগী মতৌসে উবদা ঐখোয়দি মীৎপু নাই ইবুংঙোখোয়। মতোমতা ওইরবদি থরসু ফৈ নখোয় ময়ামগী থরসু থনকম থোকপনি। মাদি নখোয়বু নুংশিদ্রে,নখোয়সু চাউজরেদনা নশুং-নমাল্লবা কয়াগী মমাংদা ইকায়বা নংলকপা য়াই হায়রিবা। ঐখোয়দি ঙাংনিংদ্রবনি, ফরবসু-ফৎত্রবসু ঐখোয়দি ফত্তবী অদুম তারগদবনি, নখোয়বু নুংশিবদগী হায়বনি।'' লৈকাইগী মচেম-মনেমশিংনা কাপ্লকপা তেননি। কাপ্পু কাপখ্রবদি পানবু পানখ্রবদি শোইনাইদ্রবসু চৈনাখোলদি অদুমক ফংঙী ৱাহৈগী তেন। নোংলিক মচা-মচানা ফাওবা কনখ্রবা পোৎশক কয়া চাথংপা ঙল্লিবনি। পীক্লবা মচিনদুদগী থোক্লকপা ৱাহৈনা ঈংজরিবা গীতাগী থম্মোয়বু হোক হেক থুগায়বী মরক মরক্তা।

''ইমা, ইমানা দুকান ফম্বসে মীনা য়ায়া নোক্লবী, থিনা থিনা ঙাংনৈ, ইমান্নবা কয়ানসু ঐখোয়বু উৎশিংতবা ৱাঙাং কয়া ঙাংনৈ অদুনা পান দুকান ফম্বসি নত্তবা অতৈ থবক ওইনা শুরসি, নচা ঐসু পাঙল চাউরক্লে ইমাগী নতেং পাংজরগে, নচানা হায়রিবসে য়াবীয়ু''। সুনিলগী ৱাহৈনি।

নোংমতা অসিগুম্বা ৱাহৈসে তাবদি লায়রদনা চাক লাল্লবা ফাওবদা মচিন্না কম্না ঙাংলমদবা সুনিলনা নোংথাংগুম্লবা ৱাহৈ কয়াসে হায়রকপদা গীতা পুক্লিং লৌশিং হেক-হেক মাংঙী। শা-তসু মরোল তঙ্গীরবদি মীওইবগা ৱা ঙাংনরিবনি, লোন ফাওনরিবনি অদুবু হৈনদ্রবা লাইৱা মঙোন্দা হায়দ্রবসু গীতা মশানা খঙজে।

লৈকাইনা নুংশিদবসু মনেম-মকুনা শিনবনি। অরেং-অরেং পুখরবী লুখ্রাবী অসিগা লান্না পাগদবা কনানো ? ঙস্লোই কনাগসু মরমদি খ্বাইদগী তোল্লবী লুখ্রাবীনি। আ-মপাম হায়রে অরৈবী থানা নংগন পাই, মকু-মনেম হায়রে তমথীবা কৈ অমগী মমাইদা নানবনা হেন্না ফরগনি খল্লবা ঙাক্তনি। অকনবনা অচুম্বা শক্লবা খুন্নাইসিদা গীতানসু খুন্নাইবু লান্না উরকই।

ঙসিগী খুন্নাইদা অতোনবশিংগী হিংফম লৈতে। মসিদি শা-ঙাগী লৈফম্লি, অমগী মমীৎতগী অমনা খোৎলবা মতমসিদা নাইতোম তার চেক্লানা করম্বা উশাথক্তা তোংলুনি। মাবু অরানবা মীৎয়েংনা য়েংলিবা মীশিং অদু গীতা মশক মুন্না খঙই। চৎলুদুনা চিনফাং-পুফাং তৌবা নত্রগা করিগীনো ঐগী মরমদা ঙাংলিবা হায়বগী পাঙ্গল লৈজদে, মাগী তুংদা লেপলিবসি মচা পীশক খরসিতনি। মীনা ঙাংলিবা কয়াসে খল্লুরবদি লৌখৎফম করিসু লৈত্রবনি। ফিরোলদা পকপা উফুলগুম কহোকপা য়ারবনি। অদুবু পুকচেল লেপ্লি গীতানা, তাংজবী উরীগী মপোক্তা পোক্লবনা উপালদা তাংজবা নত্তনা উপায় লৈখিদ্রবী গীতা মতম খরা তাইবংদা লৈখিগে মচাশিংগী অপাম্বা থুংহনগে খন্দুনা অরোইবা ওইনা লোনখি পান দুকান, থিখি হিংনবগীদমক অতোপ্পা লম্বী অমা। ❑❑

(সনালৈবাক্তা হাপখিবা, ১৯-০৬-০২)

# খল্লুবদা নোক্লিংই

লমতা থাগী থানিন নুমিৎনি ! শরত মাগী কাদা লাইরিক পায়ন্নদগী মৈ মুৎথিদুনা ঙাইহাক বাখল তৌদুনা চৌক্রিন্দা ফম্লি। থোঙনাও লান্দুনা চংলকইবা থাবল অদুনা টেবল মথক্তা নাপল য়াওদনা তারি। থাবলগী মঙাল অদুনা শরতপু করেম্নবগুম লক্লরি। মঙাল অদুদা মুন্না য়েংজে। ঙাইহাক য়েংলগা করিগুম্বা বাখক মমা ফাওরকপগুমে তৌই। মৈরানবীনা মৈরীবু উরগা শিনি-নানি খঙদনা মৈনুংদা চোংশিল্লবগুম শরত অথেংবা অহিং অদুদা থাবলগী অচিকপবু মাগী খোইরাংবা থম্মোয়না থুগায়রগে মতাগুম মপান্দা থোক্লকই। টেবল মথক খরা নত্তনা কাদো পুম্মম মমহৌই। তৌফম খঙদ্রবা থম্মোয় অদুনা হোষ্টেলগী ওই থংবা নাকলদা লৈরিবা ইকোন (পুখ্রি) মপান্দা ফম্লগা থম্মোয়গী মৈচাক অদুবু কোকহনবা ঙম্লা য়েংগে খন্দুনা থোক্লকখি। অদুবু শরতকী মৈচাক অদুদগী শরুক চাম্মা-চাম্মা হেন্না চাকপা মী কয়াসু লৈরম্মী। মীচিক মীরাওখোল তাদ্রবা মতম্লি, মরক মরক্তা নামীবা নুংশিৎনা নুংশিগী মৈচাক্লা ওমচাক্ল রবা হকচাংদা য়ৈবদা হেন্না হেন্না পাঙ্গল কনখৎপগুম তৌই। মরোল থোক্লবা উপাল কয়ানা তৌগে মতাগুম নুংশিংকী শহমদা ওই য়েং ওন-ওন্দুনা হাইনা হয়া শাম্নজরি। করম করম্না উপালদগী লাকপা হৈনম লৈনমনো খঙদে থাবলসে হেন্না অমুক পুক্লিং হহনবগুম তৌই। খোইমু কয়া শোয়দনা থিরমগনি শাখপ তৌনা লৈরাং মায়কৈ থিদুনা।

মথন্তনি খন্দুনা চৈনা খাঙবা থোক্লকইবা শরত্তো অঙকপা থৌদোক অমসু থোক্লরে। ''শরত নঙসু মফমসিদা'' প্রেমনা হংলকপা য়াহংনি।

নুংশিবগী শন্নুম অসিনা শোক্তবা মীসে ইবৈমক লৈবম্লবোই হাযবা শবত খঞ্জে। নহান মখে নুংশিবদা লৌনম তৌবা যাওবল্লোই খনবা অনীনি ঙসি থেংনবিবা। অমনা অমবু উবদা ইথা থাজনদে। অদুবু থাজদ-থাজদা থোক্লবে মাং মাংদা..।

"থাবল মঙালদা ঙ্গাওজবা থম্মোয়সিনা অচিকপা মফম থিবকপদা য়ৌবকখিবনি মফম অসিদা" শরতকী পাউখুমনি চিন্দা থোকপা হায়খিবনি। শেংনা হায়দোক্লরবদি ইকায়বা থৌদৌনি অদুবু চেন্নবা যাঙ্গা, তাঙ্গা নত্তে "লাউনে ফম্মীন্নসি, নুঙাইবা ঝারী শাদুনা ঙসিগী পুক্লিং হুরবা থাবল অসিবু থুগায়দুনা মৈচাকসে কোকহনবা ওস্বরা য়েংসি"।

প্রেমসু থম্মোয়দা ইথিল অমা ফাওরকপগুম ম্যয়থোং মকা লাম্না হায়রকপনি। ঝাখল চান্নবা অনি পুনখিদৌরে। অঙকপনি অইবংসে ! মখোয় অনিগী মতৌদা ইকায়রবা উনা কয়া থেক নৌনা শান্নরিঙে লৈনা-লৈনা লৈমাইদা তাবকপা খোঞ্জেল অদু অমুক্কা ময়েক শেংবা হেনহল্লি। অয়ুক নুংথিল্দি অসুক য়ৌনসু নুংশিরুদে। মীকুপ অসিদদি উরিবা খুদিংমক নুংশিবগুম তৌই, শক্তম খুদিং ইফদা-ফজনা উহনবগুম তৌরে। শরত প্রেমগী মনাক্তা চংশিন্দুনা ফমখ্রে। ঙসিগী থাবল অসিদি শোয়দনা মাঙহনগে হায়বসি মখোয় অনীগী ঝাখলনি।

থাবল মঙালনা য়ৈবদা লুপাগী মচুগুম ফুগায়বিবা ঈশিংদো য়েংবদা কয়াদা পুক্লিং হুরিবা। মালেমগী ফত্তবা পুন্বা, উপাল কযাদগী তারকখিবা উনা-ঝানা কয়া অমত্তা উবা ফংখিদরে। কয়াদা নিংথিপ্লবা শক্তমনো ! মসিবু অওইবমক মশাগী শক্তম্লা ? নুংদা ঈচেল নাইদ্রবা তিংখং তুম্লৌনা থল্লবা অফবতা শাবা মীওইবগা অমহাবনে ? পুক্লিংদা মওন-মওন খল্লকই। ইকোনগী মপালদা তাইবংগী শিল্পানা মফেল ওই চিকখোন-নাউখোনগী পাউজেলনা মখৌদাং ওই অফবসু ফত্তবসু মতম খুদিংমক্তা হোয়াবা নাপীশিং মী কয়ানা ইকোনগী ফজববু অমুক্কা নিংথিহল্লি। মখোয়সে য়াওদ্রবদি ইকোন





অসি য়েংবদা খরদি অব্রাবা ওইরমগনি। নাপীশিংদুগী মরক-মরক্তা মশক খণ্ডদর়া তিন-কাং কয়ানা অচিকপা অহিংবু থেমজিনবা খোঞ্জেলনা কয়াদা তাছা নাইরিবা অসিগুম্বা অহিং অসিদা নৎত্র মাধবীগী থম্মোয়বু কোকিলগী খোঞ্জেলনা তাইবংগা শেৎনহনখিনবা হোৎনখিবদো! ওইরমগনি শোয়দনা তাঞ্জা অসিদি য়েংলুবা খুদিং পুক্রিং হুই, তারুবা খোঞ্জেল অয়াম্বা থম্মোয়গী নুংশিবা ইরোম্লুংদা লৈতবা অমত্তা য়াওদে। করম্বা বাহৈনা বাহৌদোক ওইগনি খন্দুনা অচিকপা থাবলদা চিবোন চিবোন নোক্লম্বা অনীদো প্রেমগী বাহংনা অমুক থুগায়গ্রে।

"পুন্সিদা থেংনখিবা খ্বাইদগী নুংঙাইবা, খ্বাইদগী শিংথানিংঙাই ওইবা থৌদোক বারী শোয়দনা লৈরমগনি। কাউবা য়ারোইদবা বারী কয়াদুগী মরক্তা অমতং লীরকউ, নঙগী হেক লোইবগা ঐগী ...। ফোঙদোকফম খণ্ডনা লৈরম্বা বারীদো মমল কাহনবগী মহুত্তা তম্লিংবনা হেনখিদুনা লীরকপনা হাল্লি শরতনা।

হৌরকই, "ঐগী বারীসে নঙনদি করিসু খল্লমদবা য়াই অদুবু অহানবা পুন্সিগী য়েনিংথাদা থম্মোয়দা মুৎনাইদনা য়েক্লুনা থমত্রবনি, তশেংনা ঐগী নুংশিবী মহাক অদো ঐগী থম্মোয়গীদি মবেম্মনি।

"হৌগদবা বারীদি হৌদনা নাকোই শুরুরিবা করিগীনো, নঙগী বারীদো হৌরো' প্রেম খৌরাংবা হৌগ্রে মাগী বারীদা।

মখা তারকউ, 'নিংশিংদুনত্তা লৈরবা বাবল অসিনা কাউগে য়াদনা চহী কয়া কয়া হিংনবগী লানফমদা মায়োক্লুরবসু মুৎপা নাইদে বারীসে, কাউথোকপসু ঙমদে থম্মোয়না। কুইর-কুইরগা ময়েক শেংবা হেল্লকপগুম তৌই। পুন্সিনা অবা-নুংঙাই মশক খণ্ডিগ্রিঙৈ, নুংশিবগী ইথক ঈরাংদা তাউরকপা তাঞ্জানি। চাউরাক্লা ঙসিদগী চহী তরেৎ-নিপাল মমাংগী বারীনি। মমীংসু মশকসু খণ্ডিগ্রিবী অমবু থম্মোয়না নুংশিরুবগী, খোইদারুবগী

ৱারীনি। ফোগুদোকপা গুমদনা মতম কয়ানি চৎখিবা। কনাগুম্বা মীশক অমদা ওইরম্নবদি নহাম্না.... অদুবু ঐণ্ডোন্দদি অরুবা থবক অমা ওইখিবনি।

"ফোগুদোকপা গুমদনা অদুমক লৈপ্ত্রবরা, কদাইদগীনো হায়য়ুদনা ঐসু অণ্ডম্বা মতেং পাংজগেদনা" প্রেমনা খৌনা হাপচিল্লকপগুম তৌই।

"ফোগুদোকপগী ৱারী" মসিদনি মরুপ গুসিগী অহিং অসিনা ঐবু তৎতনা কাইহৌরিবসে। মতম অদো ঐ স্কুলদগী হল্লকপনি। ঐগী কেপ্টেন সাইকলদুগা য়ুমদা লাকপা লম্বীদা মশক মতৌ নিংথিজগ্রবী য়েংবদা অসিনিদা হায়ফম খগুদবী শকফম অমখকনা ঐগী থম্মোয়বু চেলাক-চেনফোইখিবগী ৱানিদা। মাগী শক্তম অদুদা করিবু য়াওগ্রবনো ঐ অণ্ডাওবা অমগা চপ মান্নখ্রে। শাংগ্রবা লম্বীদো চৎপা খগুহৌদে, য়ুম য়ৌবনা হেক্তা হাপ্লি। অদুক পীক্লিবা ৱাখল অসিনা করিবুনো খগুদে থম্মোয়দা ফাওরিবা। নুংশিবা হায়বদো ওইরমাগ্লে। পুক্লিংসে লৈতাফম খগুদ ওঙ্খোকপা মতৌ অমনি নুমিৎতো। মহৌশা স্কুলদগী হল্লকপগা গুসি হল্লকপা অসিগা ইণ্ডন-ওন্নরবনি। শেৎলিবা য়ুনিফোর্ম অদো য়াম্না থুনা হোংদোক্লুনা য়ুময়াই চপ হেক চানা খুৎ চিক্লগা চপ য়ুংনা লেপ্লি অণ্ডাং মচাগুম। করিনো খগুদে খনগদবা ৱাখল। মনাক্তা হেক্তা চৎলগা ফোগুদোক্লুরসিরা "নগুবু নুংশি" হায়না নত্রগা পীক্লবা চেমায়সিদা "নগুবু নুংশি" হায়দুনা ইরসিরা লৈশি লৈথোন্দুনা "নুংশি চিঠি" নৎত্রে হায়রগা মাগা তিন্নবা মমান্নবীশিংদা হেক্তা ইতেং পাংহল্লসিরা ? পংখন্দা খল্লিঙৈ ইচননুপীদুনা "তামোয়াই চাকসে চাররোইদবা ওইরদি ঐ চারগে হায়রকই। ঐ চাক চাগ্রিকো হায়বা খগুনিং নিংশিংলকই। অদুবু কদোমদগীনো খগুহৌদে হায়দোকখিবা - চারো, চারো।

চাক লামখিদ্রে, ৱাবা খগুখিদ্রে পুম্নমক থোক্লবা অমা লাক্লনি মনাক্তদি চৎলগে হায়না লেপলম্মী। রিডিং রুমদা চংদুনা চে কলমগী মতেং লৌদুনা থম্মোয়গী ওইবা অরোনবা ৱারী কয়া মফমদা পীননবা ইরে। বিজেকা





লোয়ননা নুমিদাংবাইরম কুমথখি সাইকল তোংদুনা তাঞ্জা চারুদুনা থেংনরে মখোয়গা কৈথেল মচাদুদা। হায়নিংবা কয়া থম্মোয়দা ফুমদুনা লৈরম্বদু মাবু হেক উরুবদগী মরোল থোক্লবা মনা তাথিরবা অমগুম তাইবংসিদা লৈরিবা তারিবা ময়ামসে তায়োন্না উবগুম তৌরম্মী। নীংশা চনিঙ তানা হোনবা ঙমদ্রে। পাখৎনা লৈরিঙৈ তাঞ্জা অসিদা মখোয়দি মমান্নবশিংগা লোয়ননা যুমলোমদা চৎপা হৌখ্রে। ঐখোয় অনি ইকাইনা অদুমক লেপহৌরে মখোয়না চৎপা মায়কৈ য়েংলগা নিংঙমদনা অদুমক লৈহৌবনি মাগা ঐগা।

নুমিদাংনি চমজরবী মহাক্কী লৈকাই অদুমক্তদা থাবল চোংঙি হায়বগী পাউ তাদুনা চৎনবা শেম শাই ঐখোয় অনি অমুকসু। নোংমতা থাবল চোংবা চত্তবা ঐসে ঙসিগী মতৌ অসিদা ইমুংগী মীনা চত্তনবা কন্না থিংই ঙাংঙী ঐবু পাখং শাই হায়দুনা। চৎপা ইয়ামক য়াখিদ্রে মখোয় ময়ান্না কন্না থিংদুনা। নুমিৎ অদুমা অদুম হৌখ্রে নিঙমদনা।

প্রেমদা অমুক ওনশিল্লগা হায়রকই, মরুপ নুমিৎতুনা লোইরদ্রা খল্লুবনি। মতম কয়াসু হৌখ্রবনি। অকাওবগী পরেনা থম্মোয়দগী মমি অসুম মাংখিবগুম তৌই নুংশিবা। অদুবু নোংমসু থেংনখি লাই হরাওফমগী মী চিন্নবা মফম অমদা। নুমিৎ অদুমদি অরেম্বদা হৌহননিংদ্রদুনা ঐগী মরুপ দেবান্দা ঐনা কন্না হায়জখি মহাক্কী মিং লৈফম হংনবা। মরুপ দেবান্না ঐগী ইতেং পাংবীদুনা মমীং খঙখি। মাগী মমীং – উমাবতি। ঐগী মরমদা দেবান্না শাবা য়াবা বারী খুদিংমক শাখ্রে হায় উমাবতিদা, অদুবু লুরিবদি মরুপ উমাবতিবু ঐনা মীৎ পেন্না য়েংদুনা বারী অমা অনি শানবগী পাঙ্গলদি ঐগী ইফমদগী লাপ্না চৎখিবগুম তৌই। মদুমক্লা নিংঙমদনবগী মরমনি। মরুপ দেবান্না ঐগীদমক কন্না হোৎনবীদুনা মাগা ঐগা উনদুনা বারী শান্নবগী তাঞ্জা অমা পীরম্মী। ঐখোয়না লৈরিবা খুঙ্গং অদুগী নোংপোক থংবদা "ঈশিং-থিংবী" কৌবা চাউরবা পাৎ অমা লৈ। পাৎ অদু য়ৌখ্রিঙৈদা তুরেলমচা কৌবা য়াম্না নিংথিজরবা মফম অমগী লম্বীওই পোখাফমওই তৌবা চিক্লবা লম্পাক লম্বী অদুদা মাগা ঐগা উনবা তাঞ্জা অমা পীরে।

হৱাওজখি মাগা উনদৌরে খনবদা। খল্লি, থম্মোয়দা করিগুম্বা ঙাংনিংবা কয়া ঙাংবা ঙমহৌদ্রবসু ‘চিঠি’ অমদি মঙোন্দা পীদ য়াদে হায়দুনা ইখি।

ইথন্তনি উমাবতিগা উন্নবা ঙাইহিরি ঐ নুমিৎনা নোংচুপ পাংলকপা তাঞ্জা চাওরাক্লা পুং ৩ দি তারে। ফাইরেন লমতাগী ফাঙম-লাকহমদ্রবা নোংলৈ নুংশিৎতুনা মীয়াম কয়ানা হঞ্জিন-হঞ্জিন নেৎশিনবীদুনা থল্লিবা লম্বীগী উফুলবু মনিং তমহন্দুনা অতিয়া তম্ন-তম্না হুমগৎলি। হুমখৈ-হুমগৎলগা অতিয়াদি য়ৌবা ঙমদ্রদুনা মচাই-মচাই তাখি লম্বীগী নাকল নাকলদা। দেবানসু লাক্কনি হায়বনি অদুবু লাকতে। মখোয় অনিবু লাকপ্রা হায়দুনা উফুলনা অতিয়াদগী লৈমায়দা হেক আখিবগা খুনিং কাংনা য়েংজে মীকুপ খুদিং। অদুবু উচিন নাচিন্না উমাবতি লাকখি মমান্নবী অহুম মরীগা। মখোয়দো উরুবদগী ঐ ইকাইবনা ইশাসে থক-থক নিকখি। ইকাইমন্দুনা ঐ থংনবা লৌতাংশঙ অমদা চংশিন্দুনা লোৎখি। মখোয়না পোত্থাফম মপাদো য়ৌরকপদা উমাবতিনা য়েংই খোংনাং পাম্বী অদুগী নাক য়েংতা। লৈত্রবদুদা ইঙাংলোকতগী মমান্নবীশিং অদু থিনবা চৎল্রে মখোয় ময়াম নোক খেদুনা। থম্মোয়নদি কৌজখিবনি উমাবতি মখোল থোক্তু থম্মোয়নুংগী ওইবা নুংশি ৱারী শানসি হায়দুনা অদুবু তাবিদনা অদুমক চৎখি। মহাক শোয়দনা অমুক লাকখিগনি লম্বী অসোমদা। মরক থৎখি প্রেম্না - মরুপ নুমিৎ অদুদা ৱারী শানরগা নঙগী ‘চিঠি’ দো পীব্রবরা ?

নুমিৎ অদুদা মরুপ ৱারীদি শাখিদে, অদুগা ‘চিঠি’ দি ঐনা পীখি। নোক্লিংখ্রবা থৌদোকনি নঙনদি থাজরোই। মমান্নবীশিংদো থিল্লুরগা মথন্তা হল্লক্লম্মী। মাসু মথন্তনি - ঐসু ইথন্তনি। ঐদি মাবু উরগা হেক্তা ইকাইহিরি মসি ঐ পাংদবা অমা ওইবদগী ওইরম্বা য়াই। মরক মরক্তা উমাবতিবু লমতাগী নুংশিৎনা চাইরকপা উফুলনা খনখিবসু য়াওই। ঙাইহাক উদবদা পাখৎলি লম্বী লমাংনপ্রবরা হায়দুনা অদুগা অমুক উরকপদনা মীহুনসে খোঙজেল য়াংবা হেল্লকই। মরুপ ঐগী পুক্সিদা অহানবা নুংশিরুবা





খোইদারুবদি মহাক্তনি। উদৌরে খনবদা ঐ ইকাইরিব্রা কিরিব্রা তৌফম খঙদ্রে। মীকুপ খরসিগী মনুংদা য়াম্না কনবা নোংলৈ-নুংশিং অমনা লম্পাক মচাদুগী লম্বীগা তাইনবা মফম অদুগী উফুল খুদিংমক তক্লা হুমদোকখি। মদু উরুবদগী ঐগী থম্মোয়দা হরাওখি, তাইবং মপুনা ঐবু চান্নবনি খন্না। মাসু য়ৌরকতৌরে খন্দুনা উফুলনা লৈরম্বা হাংলবা মফমদুদা ঐগী খুৎনা নুংশিনা ইখিবা 'চিঠি' দো থম্লম্মী, মদুগী মথক্তা অপীকপা নুংদুম অমনা য়াম্না তপ্না ননদুনা থম্লম্মী। মানা হেক চৎকদবা লম্বীনি, মানা উরগা লৌখিনবনি ঐনা থম্লিবা।

করিগী অদুক লাইবক লৈরবা তাঞ্জা অদুদা নঙগা হকথেংননা উনরগা 'নুংশি' হায়দুনা ফোঙদোকপা ঙমদ্রিবা, নুংশি বারী শাদ্রিবা, খুৎমক্তা মঙোন্দা 'চিঠি' পীদ্রিবা। প্রেমনা শরতপু য়াম্না পাঙদে হায়দুনা ঙাংবীরি। নুপা মান্দে। করিগীনো নঙনসু নুংশিবদা ঙাওদুনা লৈরিবা !

- মরুপ ঐ পাঙদবনি হায়বা ইশানা য়াই অদুবু নুমিৎ অদুমদি ঐ তশেংনা নুপা অমা ওইখি। মরমদি মাবু উবদা ঐ ইপা-পাখৎশ্রে অদুগা মাসু অহানবা ওইবনা ইকাই নুংশিনা হংলুবা খুদিং পাউখুম পীরমদা চৎখিবা তারবদি মাঙলে খন্দুনা ঐ নুপা থোকখিদবনি।

মখোয় অনি মহেরোই হায়বা কাউখ্রবা মাম্লে, মদুগীসু মথক্তা হোস্টেলদা লৈরিবনি। পুন্নমক কাউথোক্তুনা নুংশি মৈচাকপু ঈংনবা লমতাগী মেংলবা থাবল মঙালদা য়াইরি। মখোয় অনিসে নুংশিবগী মহিক্রা চিক্লবা ঙাক্লা নত্রগা মতম হেনখ্রনি মতাগুম অহাংবা তাঞ্জা ঙাইরিব্রা। শোয়দনা লাকপদি লাকখিনি মখোয় অনিগীসু লৈরাংনা মপাল শাবদো।

প্রেম্না হংঙী, - মরুপ নুমিৎতুগী চিঠিদুদি লৌখিবরা ? লৌখি। মহাক য়াম্না ঐবু নুংশিনা লৌখি। মখোঙনা নেৎলগে তৌরুবা চিঠিদো খোঙফম অমা হন্দোক্লগা অকোয়বদা কনাবু লৈরিবা হায়দুনা কিনা য়েংলগা কনামত্তা লৈত্রবদুদা খুনগৎখি। ঐগী চিঠিনি খঙবদুদা মানা হরাওনা য়েংলগা

চুপখি। মীকুপ অদুদা ঐগী খজাইদা দাকফম তাবগুম ঐ চৈনা ফাওখি। প্রেম্না ময়া কানা তারি অদুগা ইকোনগী নাকলদা হৌরিবা তেবা পাম্বীদা তোংলিবা চেক্লা অনিদুসু মমাই ওনশিন্নদুনা য়াম্না মুন্না তাই। 'নুংশি' হায়বা ব্রাহ্মেসে তাবদা উনা অমা অনিসু মরক-মরক্তা থাদরকই। করম্বা ইথিলগী থাগৎ ব্রাহ্মেনো খঙদে। চেক্লা অনিদুসু তশেংনা নুংশি নুংওন্দা ঙাওরবমকনি। ব্রারী পরিংদা নামীবা ঈচেল অমা ঈথক নাইনা লাকপদো উহৌদে অদুবু ইপাক অদুদা ঙাইহাক ইরোইজরুই হায়বদি খঙজী।

'মতুংদি কমদৌবা, নুমিৎতুনা অরোইবা ওইখ্রবরা ? প্রেম হেন্না হেন্না খোইরাংবা হেনগৎলকপগুম তৌই। ওইদ্রি মরুপ মাসু ঐবুদি হান্না খঙ্গবা ওইরম্লি। 'নঙদি কমদৌনা খঙলিবা' প্রেমনা ব্রাহ্মং তৌরকই। মনাক্তা চৎলি। মমান্নবী রঞ্জিতা মখোয়গী অব্রাং থংবদা থোঙ্গাল মরী মঙা কান্নরগা লৈবনি মখোয়দা চংলগা লৈবরা হংবদা তুরেলদা মথন্তা চৎখি, কুইদ্রিবনি হায়রকই। ঐনা চৎলুবা মতমদা সনাবুল নাকলদা থন্নগা নোংচুপ তম্না চেন্থরিবা ঈচেলদা, লৈরাই হঞ্জিনখিবা অমগী ময়াদা ফমদুনা য়েংলম্মী।

'কনা ঙাইবিবনো অচিকপা মফম অসিদা।'

তুরেল অসিগী ঈচেলনা চান্নবা মাগী মপাউ পুরকপরা হায়দুনা ঙাইরম্লিবনি। অদুদি ঐনা মরম ওইরগা নঙগী নুংশিবগী ঈচেলদা অকায়বা শোয়দনা পীরমদৌবা মাল্লি, ঐবু ঙাইহাক্তা পন্থখিনবগী মতম লৈত্রবরা ?

- নহাক চৎখ্রবদি ইপাউ মাসু অদুমক হনখ্রগনি, নিংঙমদনা। প্রেম করিগুম্বা অমা খল্লকপা মাল্লি, মচিন্দা শোল্লকই নখোয়গী ব্রাহ্মে অমা অনিদুদি ব্রাংউরোল য়াম্না ব্রাংমনখ্রে, অদুমনগা তৌরমগনি হায়বসি মঙদা ফাওবা মঙদে। নুংশিবদা নখোয়দি অয়ৌবী ওইরম্লেদনা। মখা খরগা লীথরকউ। শরত ব্রারী মখা তারকই, ঐসু মনাক্তা চংশিন্দুনা ফমথখি, নহান ঐনা পীরম্বা ব্রাহ্মে খরদো লৌগে লাকইবনি।

- মীগী থম্মোয়বু ঙাওহনবা ব্রাহৈ য়াম্না হৈরেদা।

- তশেংনমক ঙাওবর্‌া ? - উম, ঙাওই, অদুবু লৈকোল য়াম্বনি, লৈসু মশক মওং খেন্নবনি, লৈনম তোঙানবনি, লৈকোল খুদিং চংবা খোইমুবু কৈদৌনুংদা থাজবা ঙমদে।

অউবা লৈরাং খুদিং ঙাওগদবা খোইমুদুদি ঐ নত্তে, থম্মোয় ফজবা লৈয়োল অদুতনি..। ব্রারী মথা তবা নংদ্রি হোষ্টেল্লোমদা মী লাংনরকপগুম তৌই হায়দুনা মখোয় অনিমক য়েংথোকখিবদা মহৈরোই ময়াম তোর্চলাইট পায়দুনা থিবদো উই। প্রেম অমসুং শরত মৈচাক খাঙবা ঙম্লিব্রা ঙমদব্রা খঙদে ফুক-ফুক হৌগৎতুনা হোষ্টেল তম্না থুনা য়াংনা চংখি। ❑❑






# লাইরিক অসিগী মরমদা

"... The writer to add the tone of humour in his stories. His attempt may be or may not be a success but it is praiseworthy".

Konsam Kulladhwaja, Sangai Express

"... শিংলে খল্লিবা মীওইবগী পঙনা তৌরিবা মশাগী অরানবা থবকপুদি খঙদনা মীগী অশোয়বা অরানবা থিদুনা নোক্কুরিবা কয়াবু অইবনা ইদুনা অপাবশিংদা নোকহনবা, ব্রাখল খহনবা ঙম্বসি য়াম্না হৈ শিংবা অইবগী খুৎই স্তাইলনি..."

মোইরাংথেম রাজেন্দ্র (পোক্লফম)

"... ওকেন্দ্রো খুন্দোংবম - মণিপুরী সাহিত্যগী ঈচেলদা খোঙদারক্লিবা অচংবা সাহিত্যগী সেবারি অমনি। য়াম্না নহা ওইরিবা অইবশিংগী মরক্তা শিংথানবা য়ারবা সাহিত্যকারনি। পুন্সিদা থেংনখিবা অশেংবা থৌদোক অমদি মরিচৎনা শাগৎপা খুঙ্গং পুন্সিগী মশকশিং অসি মীয়ামদা থম্মোয় শেংনা পাউদম্বা ঙম্বসি মায় পাক্লবনি। অইবা কনাগীসু মমি তাদ্রিবা ওরিজিনেলিটি ওইনা পুথোরক্লিবা ক্রিয়েটিভ আর্ট অসি ফজে হায়দবা ঙমদে। ... ড্রিম সাইকোলোজি, রোমান্টিক ইপিসোদ ত্রেদিস্নেল আউটলুক, পার্সনেল মেমোইর, ড্রিম ফেন্টাসি অমদি হিষ্টরিকেল ইভিদেন্স (মরুওইনা জুন ১৮, ২০০১ গী মতাং)নচিংবা মতাংচানা ব্রারীমচাগী কলাদা পুশিল্লকপা অসি অইবগী এক্সপরিমেন্ট অমনি..."

ডাঃ শরতচন্দ্র লোঙ-জোম্ব (নহারোলগী থৌদাং)

"... পুন্সিগী শক্তমশিংবু কুপথনা নৈনবা ওইবনা অপাবা মীওইশিংগী মীৎ চোইথোকহন দবদি ঙম্রে। ওকেন্দ্রোগী ব্রারিমচাশিং অসিগী অপুনবা মীৎয়েং অমদা য়েংলবদি নুপীগী সাইকিদা য়াম্না নক্না চংশিল্লকই। স্ত্রীম ওফ কনসিয়সনেসকি চাংয়েং তৌরকপা সাইকোলোজিকেল ট্রিৎমেন্ট পীরকপদি ফনা নীংথিজনা থেংনৈ। ব্রাখল নুংঙাইতবনা মীওইবগী মাইল মাংহল্লি, মাইলনা থম্মোয়বু অমুক মাংহল্লি অমসুং থম্মোয়না হকচাংবু অমুক মাংহল্লি হায়বা এনোনাইশসকি প্রোভাব অদুদা থাজবা থম্বা ব্রারীমচাশিংনা নম্না থেংনৈ..."

ও. সি, মৈরা (হুইয়েন লানপাউ)

"... নহা ওইজরবসু মহাক্কী কলমগী মচিন্দি য়াম্না থৌরি। নোংমৈ মরুদগী হেল্লমগদ্রা খল্লি। চহিদগী ব্রাখলনা হেন্না খল্লবরা খঙদে। ... লাইরিক অসি তশেংনা ফাগি-ফারাং তৌদুনা মীয়াম্বু নোকহনবা মাল্লি। অদুবু তশেংনা পারু রগদি ব্রাখল য়াম্না খলহনবা, মুন্না খল্লুরবদি হৌবদগী লোয়বা ফাওবা পাবদা পঙনোক্তা নোকহনবা ঙম্বা ব্রারীনা অয়াম্বনি। অদুগা নোক্কিংবা মরক্তা থম্মোয় শোকপা কপনিংবা কয়াসু য়াওদবা নত্তে। ইচম-চম্না ইবা ব্রারীশিংনা মমায় অনি-অহুম লোংহনবা ঙম্বা মোনিলিশাগী শক্তমঙম য়েংলুবা খুদিংদা মীৎয়েংগী মখা পোনবা অইবা অমদি ওইরে ..."

নিংথেমতোন পীবারেন, থাংমৈবন্দ (পোক্লফম)

"... কংলৈ লোইনশিল্লোনগী পুক্কৈদা ওকেন্দ্রোগী ব্রারীমচাগী লেংদবা মফম অমদি লৈহৌরগনি। হোৎনবা কনবা অইবা অসিগী অনৌবা চাংয়েং মায় পাকলে হায়জনিংই ..."

রাকেশ নাওরেম (ইরৈবাক)

"... নহা ওইজরবসু থম্মোয়গী ওইবা নুং য়ৌবা ব্রাখললোন ফোঙদোক্লুনা য়াম্না হৈশিংনা লানথোকপা খুৎলাম্লোক অঙকপনি। নোক্কীংবা মালহল্লগা ব্রাখল খহনবা অসি অইবগী অনৌবা চাংয়েংনী ..."

লেনিন খুমনচা (হুইয়েন লানপাউ)